GOLDEN PUBLICATION গী খুদোল

# কবি শঞ্জেনবম নদীয়াগী

# শক্লোল শৈরোল



টি, এচ, থোৌযাঙবা মৈতৈ

# গোল্ডন পাব্লিকেসনগী খুদোল

কবি শঙ্গেনদম নদীয়াগী

"শক্লোল শৈবোল"



টি, ঐচ, খৌবাঙবা মৈতৈ

# কচ্চবা

কচ্চরি, কচ্চরিকো নচানা
লাইরম্লেলদা তিনখ্রবা
কবি শঞ্জেনবম নদীয়া
ঐগী পাবুঙ,
পাবুঙ নহাক্কী খুয়াদা
পাবুঙনা ইবিরম্বা, শৈরেংশিংনা
শৈরেং লাইরিক শেম্লগা
কচ্চরি কচ্চরীকো নফমদা
লৌবীয়ু, লৌদীয়ুকো লৎনদা !!

# অফোঙবগী ৱারোল

অনৌবা চহীনা লাকপগা ঈরোয়ননা ঐহাক্না, লৈখিদ্রবা (১৯১৭—১৯৮৬) ঐগী পাবুঙ কবি শঞ্জেনবম নদীয়া কাব্যভুষনা ইবিরম্বা, পাবুঙগী পুন্সীনা লোইদ্রিঙৈ, ফোঙদোকচবদী নংহৌদ্রবা শৈরে' খরা খোমজিনজবগা ফোঙদোকচন্নুনা "শক্লোল শৈরোল" হায়না মিংথোল্লগা মযামগী মফমদা লান্থোকচরি।

লাইরিকসীমা ফোঙদোকচনবা হোৎনজবদা কবি মশাগী কুইরবা খুৎইদগী শীন্দোকপিন্নুনা অচৌবা মতেং পাংবিখিবগীদমক ঐনা ঐগী ইমান্নবী তোংব্রম চন্নু লনধোনী নীংথেম পুখ্রী মপাল অমদী শেলগী মতেঙ পীবিরকপগীদমক মনিপুর ষ্টেট কালা একাদেমী গভর্ণমেন্ট ওফ মনিপুরবু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি অমসুং ভমথৈ লৈতনা থাগৎচরি।

ফোঙজবা :—
টি, ঐচ, থৌয়াঙবা মৈতৈ
শজিবু নোংমা পানবা
চহি হৌবা চৈরাওবা।

তাং ২৪।৩।১৯৯৩ ইং

# ৱাহৈ অম-মিদং

শোক ১৯৮৬ কী আগষ্ট থাদগী খনথা লেপচখিদে নোংম্বা ক্ষাংবা, 'পাবুংগী কবিতা চবুল মতৌ করম ফোংগনি'। অহিং কয়া তুম্বা য়াদনা মঙড্র'দা তাউহুনা লেনখি, কল্লকচখি, শেল জোম জোম পায়বা তুঙশিন্দুনতা থম্বা মীওইবা কয়াবু। মতমদি লেপ্লে, হৌখি মিকুপ, পুংজা, নোংমা - কুমজা । ঈশ্বরনা চানবিহুনা রাইটবস ফোরমদা য়াওজবগী খুদোংচাবা ফংজরে অদুবু পাবুংগী লাইরিক ফোংবদি হায়রোই। ৱাখলগী শকম অমত্তং শাগৎচবা ওমখিদে, আশা অমতা লৈখিদে।" ঈপা ইবুংঙোনা মীরমলেন্দ্রা লৈরিখৈদেস্মু লৈত শাংরনা নম্বৎতুনা মশাগী কবিতাগী লাইরিক অমা ফাওবা পুথোকপা ওমজখিদে" খল্লুবদা মতমচুপ্পদা পি তাখিদবা নত্তে।। অদুবু ঐগী অরাবসি লেপ্পমক ঈশ্বরনা উবিরমালে, ইপু। থৌয়াংবনা নোংম লাকুনা হায়রৈ, "ইচে, পাবুংগী লাইরিক ফোংসি, একাদমিদা থাগৎকনি, মতেং পাংরে ফোংগনি পাংদ্রে ফোংগনি, ঐগীদি তৌফম থোকপা ইথৌনি।" মুংশিল্লুবা ইপুগী ৱাহৈ ৱাতা ঐনা কাউবা লৈরোই। মহাক্না তৌংথারকপা থবক ওাঙগোরকপা ৱাঙাংগী মভুংইম্না ঐনা খল্লি, মাহাকসি ঐনা যাম্না পীক্রিঙেদা লাইগী খুযা অনখ্রবা ঐগী হেক পোকমিন্নবা ইপুদুগী আম্বা 'অহুনা 'কোংবা' হায়বা মফমদুদা চত্তুনা পোকলুবনি' অস্নুম্না। নত্রবদবু মানা ঐনা তৌফম থোকপা, ঐনা পায়খৎপা ওমদ্রবা লাইরিক নম্বগী লুম্নবা থৌদাংবু করম্না পুফম থোকপগে ?

ওসি অসি ঐগী খ্বাইদগী তুজুংনা মুঙাইজবা মুমিৎনি। কুইনা পুথোকপা ওমজরুদ্রবা ইপা ইবুংঙোগী 'কবিতাগী লাইরিক"

অমা মযামগী থুক্তা শিন্নজগনি থল্লুবদা হায়ফম খওদবা মওং অমা থম্মোয়দা ফাওজে ॥ চহি য়ামশিল্লকপগী থৌদাং কয়া মায়োক্লরিডে চৈরক্তা ঐগী ইপ্‌ৱা থৌয়াংবনা পাবুংগী শৈরেং ১৮ না শাবা লাইরিক অমা নম্বা লোইবগী পাউ পীরখিবনি। হৌজিক্কী শেমজিন শাজিনবা মিংলৈ নারৈ হৈত্রবা অমদি তাং পাংকী রাহৈ আমৃত তৈত্রবদি য়াদ্রবা নপচববু হৈত্রবদি মায় পাকত্রবা পুন্সী লানফম মযাযসিদা আশা অমত্তা উদনা তাত্নুনা লৈরবা মচেম্মু, অনৌবা আশা হাম্নিত্নুনা হিংগংহল্লিবা ইপ্‌ৱা থৌয়াংববু ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি, লোয়ন লোয়মনা ইপ্‌ৱাগী পুন্সী লম্বীদা তৌরু তৌরুবা থুদিংদা তাইবঙ মপুনা পাঙ্গল পীবীবা ওইসনু ॥

ভানুমতি দেবী
তাং ১৭।৩।৮৩ ইং

# য়াওফম তাকপা

| শৈরেং মমিং | | লমায় |
|---|---|---|




# "মপান্নি মমোম য়াকাইরোল"

ঈন্নুং শোরা তংরাক্রে। পোইরুয শোযা হেল্লক্রে।
চীখ্খি যিদূপ হুল্লক্রে। নোংপোক ফীগৈ শেংলক্রে।
ভাউথ্রা চীঙোয ভামুল্লে। ভান্নু থঙোং চাকথারক্রে।
হুইথৌ লাবা চীফেঙলে। যাংদোলাবা চীদম্লে!
মবামগী যেন্দী খোঙজোম্বা, মহিংগী যেনবা খোঙনেম্বা;
যেঙাইগী থারী পাবন্থক, কেকক্রেক যেনখোং তম্লক্রে।
কাকী লানপাউ চেল্লক্রে। চবোযনা তেতু খোংলক্রে।
তৌবল লক্তা খোঙইনীংচক. যেঙ্গোলক্তা থাম্বুংচাক;
হাবুং মোংশাং মরক্তা, উথীং ব্রাথীং চেক্লাচা,
উবেং কোন্থৌ কোলোযনা, উবেম্বীনা হুপলক্তা.
যাওবি উরীং নাপঙবী, শেন্দাংনা শূমাংথেল্লোংনী!
শাখপ তোযবী শেম্বাংনা, নোংদোল পাংনা পাইখৎনা।
মাগী মাগী মরোলনা, নোংথাল শৈবোল লাংলিদা!
নোংডাল চেক্লা চেক্রুংশি, চীংশাংলযমা তনৌবী,
পোম্বী মান্থীক চন্নুনী. লমগী থুন্নু থাবীকপী,
পন্থৌগী থম্মীং ব্রাখাঙখা, ব্রাশাগী ফৈরা থকুন্দা,
চেক্লা মণ্ডক ঈচোয চোয। পোম্বী মথীক ঈনোয় নোয়,
কুকু, ক্রূক্রূ যাকাইবে! নোংডাল পাউজেল লাংলক্রে॥
হযেন চাক্লাই ঙমঙবী। মোম্নু লমলাই অতোম্বী।
মপল ব্রালহৌ থেঙবগী, চেক্লা ওইনা লাংনওবী,
উথুম কৌবী খোম্নৌবী. লৌরীযা কাচিন যুমদাবী;
ঈপল নোংবাল খালয়লৌ। লৌরীনা কৈয়েল শাবাল্লৌ!
নোইনিং ফোথোঙ থাহুদা, হুপনৌগী নাযাম্ন চীক্রুনা,

শেলোয় পীরেল থক্তুদা, নোংমদোল মাযোক য়াহ্না,
চেক্লা মখৌ ঈপোঙ পোঙ! পোম্বী মমৈ ঈপুং পুং,
উথুম্না তুম তুম য়াকাইরে! নোংঙাল মপাউ তম্লক্লে !!
মায়কয় চিরা মরিমক, ভাঙ্‌রান ভাঙ্‌রান্নরক্লে।
চীংয়া তময়া ওম্নমক, শংবান শবান্নরক্লে!
কবো কদা লায়রবগী মদোমপোকপী মমোমলোয়;
মুক্তা শুংত্রী লৌঙাকপী, চেক্লা ওইনা লাংওনবী;
চীংগুলক্তা হাগোকপী, খেউলক্তা চাক্তাবী:
চেক্লা তেৎনোয় লৌশিংমু, তেনবা পরেং পাইরক্লে।!
অরাং কৌক্র মুংশূকচীং। নোংমদোল ঈমায তানবা চীং
লয়মা শুম্ন য়েংবীগা, চোথে থংমায় পাখংগা,
তরা চরা বালহৌচীং; চীঙ্গোয় মপাউ মেন্নচীং।
মরিং অমুবনা চীঙ্গারম। চোথে মুরাবীনা ভাইনথেল।
লোকমায়না খুদেং শাবালম। লযচিন্না পোনমায় তুবলম।
পুলৈনা নাহুই ক্লোনবলম! থাউবীনা তেকচাক লয়বলম।
ঈন্নংবুং থম্না পোকপীদা, লাইরেল লাবা য়াওল্লে!
সনচীংগী চীংদোন্দা সন্যাগী থাওতুপ মরক্তা
চোয়নৌ সনা ফূদোংবা! কোংরৌ মশেক মঙালনা,
চহুই পোম্বী লীম্লাদা, মঙালগী মরীক চাইবদা;
থারম মুংশীং নামিবা, লিরি খোঙদোয় হুন্দ্‌না
মায়কয় শীনবা থুংনবা, হয়নম লৈনম য়েল্লকপা;
খোইমুনাহা খ্বাঙচেংবা, লৈরাংগী লৈন্নম ফংহ্না,
মায়কয় শলাই খওদনা, লৈরাংগী লৈকোল থিদ্‌না,
কঙাওননা পাইরক্লে। ওংনা ওংনা কোয়রক্লে।।
য়াকাইরশী হৌরশী! ঈমিৎ ঈনা শিংলশী!
পলেম শেম্বী ঈমানা, খ্বাঙচেৎ মচি লাংদ্‌না,

পম্মৌগী শূম্নাও মথৌবূং নান্নাশিম্তাক শিন্দমপূং,
পম্মৌগী মাঙ্গোল খেঞ্জওলাং পূক্লীং পাওমেন থৌরমলাং
শিম্বা শিল্লূক পাযদূনা, থম্মোই শোকপা খোম্বাওনা,
মারা খোঞ্জেল কৌনা লাউনা যাকাইরোলবু শক্তুনা,
পলেম্না শিম্বা পীরক্নে! হম্না হম্না শোল্লক্নে।
"পারি তন্দূলান্দব! খোমলেন পাম্বা য়াকাইরো!
ইমোম শিম্বা শিম্নৌবী। খোমলেন মীৎকপ থোক্লশী।
পারী পুরী পুখৎলো। লযখা তাবা লৌথৎলে!!
নপা পারেপ তাঞ্জরো! নপু পুরেপ ফংজরো!
মালেম লযমগী মমাওদা, হক্লোল মুংলোল লোযনবা,
লযত্রায জগোই উচ্চরো। নোংদ্রাই জগোই কচ্চরো!
থাওলোল, তাবোল, খৌশারোল, লোঞ্জল লৈরাং, থুমুংলোল,
চোংনা ফম্না শাজরো! শেংনা শকচশোঞ্জরো।
মালেম লযমনা পেল্লগা, তাইবও মীমাও থানবা!!
তাইবও চেওজেল লৈবিউ। শাম্বা পাঙ্গল কল্লিউ!
নশা নউ নৌরিউ। নপুক্লীং হৈনীংবা পোক্লিউ!
মালেম থুংনা কোযজহো! নোংদোল পাংনা পাইজহো!
পুথোক্ত্রিবা পোংলম কযা। উওমদ্রিবা অওকপা কয়া!
মালেম' মীমাওথারবা, অখও অহে কযাগা,
শকখও মাইখওনত্নুনা, মুংশিনা চান্না তিম্নুনা,
হক্লোল, মুংলোল লৌত্নুনা, লোঞ্জল লৈরাং ফংত্নুনা,
ঈরোম্মূংদা লূপ্তূনা, হীযাই তম্ফা থিরগা,
নোংদোল থক্তা কাত্নুনা লয়চিল নোংফাই লান্দুনা,
থবী, থবা থওজরো! থরান্মীচাক থিজরো!!
শূকচৎপা পাম্বোয়ী। নূংচৎপা থবাক্লী!
লমজেল যাওবা খুনাম্নী। থৌনা ফবা থরায়নী।

থাওবা কনবা থম্মোইনী। লিংজেল লৈবা খোযজেলনী!
মৃক্রা কাওজোং পাঙ্গল পনঙাক, ঈথিং পষ্টিং শঙ্গেল শনঙাক'।
পারী পুন্না' পূক্রীং পরেং! ঈপামাংকী শৈজন শৈরেং!
শগাইদা থন্না পয়যা পরল। শঙ্গোয়দা থেম্না থাঙকক-শদল
ঈপানাত্তী ঈপুনাং। থৌরম থৌদাং থৈকায়াং!
লোয়নরিবা নখোয়নী। যাওজরিবা হকচাংনী॥
থম্মোইদা থাজবা থমদূনা। পূক্রীংদা পলেপফম পীতুনা।
থরায় হকচাং থম্মোই যাওনা; ক্লাখল পূক্রীং লৌশিংতানা।
মালেমগী থৌগল ফংজরো। নথৌ থৌদাং পাঙজরো॥"
কাউদনা তত্তনা তারুশী। মুমিং খূদীং নীংশিংশী।
নোংকাংদনা লাউরিবা। পলেম্না পাম্না পল্লিবা।
ঈমানা তোয়না শোল্লিবা। লুংশিনা শে'না শক্রিবা।
"মপারি মমোম্ন যাকাইরোল" !!!



# "পলেমগী পুক্নীং য়াকাইরোল"

অনৌবা পাওমেন লৈতরে ঈমা ! হান্নবা পাওমেন পীবিরে নওনা !
অনৌবা পাউজেল ফংদরে ঈমা ! হান্নবা পাউজেল লাংবীরে নওনা !
ফজবা, নীংথিবা, মুংশিবা চেংলৌ ! য়েলহৌগী পলেমগী
নওঙ নতৌ !

অনৌবা অরিবা চেংলৌ শক্লোল লোইনা লৈরি মরোল মরোল !
পোৎলোই শম্পোং উরীকশেক্তা, লোয়নবা লাযরোল জগোইগা !
অনৌবা ফীজোল ফিজেৎ লৈতেং, হোংদে হান্না লৈথরে লৈতেং !
লোইনা মমি শাম্লে ঈমা !!

চেঙহী মযাল মচল শুনা, চেঙহী শম্বাল লাংবীদুনা,
শীঙেল লৈবাং লৈখলশুনা, লৈরাং নাচোম শেম্মীখিবা।
তাউজীং হযরাং হযখলশুনা, হযরাঙ হযকক কাবিখিবা।
লীচং শাজং হৌনরোল চংনরোল, হকলোন মুংলোন য়াংউলোল,
লোন্দা পুদা মযেক মশোল য়াঙাং শাঙাং য়াহৌরোল ,
লৌথূপ লৌকোয ফিদূপ ফিদাই, লোইনা পোমিং কাওবিবদাই !
কারল ফৈদানরে ঈমা !!

কুমজা কযা কুইরক্লবা ! লাংওল লখা শাল্লক্লবা !
লোইবী চীংলোল মাপলমক্লা, লজোয চল্লি মিংলেনলাংনা ,
মালংবগা লোয়না লোযনা, মনুং মপাল ফাওনা যাওনা
চীংমী তম্মী লোইলম লোইনা ; মুংলোল হকচীক লাংলক্লবা !
লৌথূপ লৌকোয লৈনদনা, লৌথোক লৌশিন লান্নরকপা।
মহৈ মহৈ মরাঙ্ কায়না, মপাল মচুম চানরকপা !
শউম লাংখিদরে ঈমা !!

হানৌ শংনৌ লৌবুক লম্মাঙ, তলা পামেল হয়রাঙ লৈরাং ,

পোশ্বী চেক্লা শেকপী শেম্বাং পান্দম পাংনা মফাং মফাং !
পাংকি লাইজ ইমাযথক্তা, থরো পম্বাল থাক্লিক থানা,
মালং শউম লাংনা লাংনা, যেংলম্বা চীংয়া তময়া তয়া,
নমু তাইবড মীওইবনা, পাযমা পুক্লীং পোখারম্বা !
পুন্সী তোলোই মুংশা'না খুয়া তুশীংনা পান্নরম্বা !
নমু মিংলম তাদরে ঈমা !!'

য়েলহৌভৈদগী লৈরক্লবা, কোলোয় মিংলেন লাংলব্রবা,
চীংবুরোয় তম্বুরোয় পোইরয়হেনবী লয়ময়োল,
মালেম খোয়দৌ লমুংশি, লমালেন সনা লযবাক্লী !
চীংমী তম্মী অনিমক্কী, পলেমশেম্বী ঈমানী !
মপারি মমোম পুম্নমক্কী, পুক্লীংগী পরয পুনবীনী !
ব্রারী শীংবুল লল্লেবী, নাউথেম হৈবী পলেমনী !
খউম উঙমদরে ঈমা !!

চীংনা কোয়না পনশাবা, চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা,
হক্লোল মুংলোল তিন্নবা, খোযজেল লিংজেল লাংননা,
শেন্না শোয়রা পাইনঙাক, পাইনা শোয়রা শেন্নঙাব,
হৌমিন কামিন্নরকপনী, পুক্লীং তিন্নজরকপনী,
তিংনা চম্নবা মিৎয়েংনী, শেংনত খঞ্জবা ব্রাখলনী !
তরাম তরাম্না তৌনবনী ! পুক্লীং পোরোল হাংনবনী !
নীংশিংপরয হন্দোক্ল ঈমা !!

পলেমগী হক্লোন মুংলোন্দা, চীংমী তম্মী অনিমক্লা,
পাযমা পুক্লীং লোন্দিন্ননা, চৎনলোঞ্জল লৈওইননা,
ঙাংন শান্ননা, লাক্লরকপা, পাযমা পুক্লীং ফোঙনরকপা,
পলেমগী পাউরো পাম্বৈদা, নাতৈ পুতৈ তিন্নরকপা,
অহিং মুংথিল অনীমক্তা কাউনদনা লোয়নরকপা !
হাযনখিবদা হোংনদবা ! শোম্নখিবা শোয়নদবা !
তোৎনা নাতৈ হুকখিদরে ঈমা !!

ভাংনীংবা মখৈ ভাংজবনী ! শোম্নিংবা মখৈ শোঙবনী !
লম্ফাংলবা তাইবঙগী, মপান্থোংগী মতৌগী !
ঐগী, নঙদী, মাগী চরাঙ চফেম্নজবনী;
থম্নুংদদী থূপ্নব্বিবনী। পৃক্লুংদদী পুন্নরিবনী !
মাঙবা ভয়োই অশেংবদী ! মৃৎপা ভয়োই অচুম্বদী !
নোংমা নত্রগা নোংমদী, শৃকশোয় শোযদমা ভাম্ননী !
মালেমগী মচা ময়াম্না, লম্ফাংলবা তাইবঙদা
হৈন-হৈনবা মাযকয় পাংনা পুক্নীংযুংনা চঙশিন্দুনা,
লযচিল নোংফাই রাংমা লাম্না, নোংমদোল তম্না পায়খত্তূনা,
থাগী লয়বাক যৌরুদুন', মিংচংকী উরোং খিল্লয়গা,
নোংমদোল শীনবা থুংনবা, থৌরানমীচাক কয়া কোয়দুনা
চাওখৎ থৌরাঙ পান্দম কযা, পাংনরক্লে পান্দাম লোম্না !
ঈপাক ঈচাউ রাংমা লাম্না, মাযকয কয়া কোযনা কোযনা,
অঙকপা পোৎলম কয়া কযা, খঙজিন, খোৎচিন, খিজিন্দুনা,
ঈবোন্নূংদা যৌনা লপ্পা, লাইজম্নুংদা মমিৎ পাঙনা
সনা লূপা মনিমুক্তা, থূপ্না লৈবা হীযাই তম্ফা
তাঙলবা পোৎলম লীশিংলখা। খিজিল্লি লেপ্পা লৈতনা !
ঐখোযনী ! নখোযনী ! মখোযনী ! উরক্লি। খঙলক্লি ! অমত্তুনী !
তাইবঙ মীওইবা ভয়মক, মালেমগী মচানী লোইনমক,
মালেম লযমা অমত্তুনী ! নৈনবোল পূন্না পলেপফম্নী ।
হৌরকফম অমত্তুনী শোযবোই ! পোলোইফম পূন্ননী পোলোই !
শোঙরি ঈমা নহাক্কী শৈরোল। পলেমগী পূক্লীং য়াকাইরোল ॥



## "শক্লোল শৈরোল'

ভসিগী নোংলেল নোংজাদা নপাম্নি শিল্লৈলোম্বনা,
উনবী পুক্লিং মুংঙাইনা, হরাউ মখোই কাহুনা,
ইমাগী হকলোন মুংলোন্দা, খোয়জঙ খোয়দাজরুবা,
তেল্লবা মতমগী মমুংদা, শকলোল শৈরোল শোঞ্জবা,
অযোল অরাল ঙাকপিয়ু, খৌজালগী মীৎযেং থাবীয়ু।
পোক্নফম পল্লেম ইমা নঙনা করিদা ৱাংপা করিদা নোম্না।
শাবাল মুংবাল, ফিজেৎ চাকচা, মীৎযেং নায়েং পাঞ্জুম্না,
লৈৱাংগা লৈরোম্নবীনি, শৈরেংগা শৈরোয়নবীনি।
লোইদাম থাজ থানিললা, থাজৎ নাইনা খৌগম্না,
লোইবী চীংলোল মাপলনা পল্লোল নাইনা কোযহুনা,
লম্মিন পেম্না তৌদ্রিনা, শৈথানরি মুংশিনা।
শীংযেল লৈচল চানদি, লৈরাং নাচোম শেমহৈবী,
হৈৱক হৈরা শেমহৈবী, অথেল পোৎলাল তমহৈবী,
ৱাংনা লুনা ৱাখল লৈবী, নেম্না চম্না পুন্সি লেনবী,
তরু তমাল তহেনবী, লিরী খোইরিবী ইমানী।
নিপা মুপী শিনফমগী, লোইনা খৌগাই পুঙম্বী;
লৌরিং ফৌরিং ফৌঙু, চেঙগু, চরৈফিরোল শানগু,
চীংদা কাহুনা শীংজনবী, পাম্ভা কুমহুনা লোংখোনবী;
শঙবায় লুক্লাং থুম্মুক তায়ক্লক, শাইক্লক ঙাক্লক ফিঙাক্লক,
লুবাক চেঙবোল পোনচেপ, তাবু, লুথোং চাক ওইননবু,
লৈজবীনী, লুচিংবী, লৈমরেম্বী অথোইবী।
অৱাং কৌক্রু অশুপ্পা, লাইমনাই খুন্দা অহানবা,
চারীক মপাল থাবলম, নোংথৈ মউ লিংবলম,

ভুশাং শীংনা থুন্দাবী, থাব্রাং শাংবী লম্লুংশি।
মরমগী লমলেল মদাযমল, মালেমগী খোয়দো লৈময়োল।
পুযা পুদিল পোরুফম, পন্‌েম পম্থো পাঞ্জুমফম,
পাম্থোইবীগী পান্দমফম, পান্নি পুরী পীনফম,
লাংঙল লাংদাই লারুফম, লাম্ন লৈহুল লাংনফম,
অশি খোঙলেন থিংনফম, অচঙ খোংলেন হাংনফম,
লাযনিংখৌগী লমদোম্নী, কংলৈ সনা লৈবাক্লী।
খোঙাক অশিথেল লৈরি মবোই মুংঙল লেঙদরি,
লাইমতোল ফৌরুংবা নোংমদোল লম্বী পাংদুনা,
থাঙ্গ ঈথিং করাংচীং অঙ্গো ফোইচীং শোরাচীং,
নোংমাই হাগববা হাদচীং লৌমায নীরুবরা নীক্তচীং,
তেৎনৌ যোৎপী হুইথাচীং লাইরেম্বীগী খুভমচীং,
নোংমাই মতোল শম্নচীং লোকমায মাপল লোংবচীং
হামুল তোমথিল লৈতেংচীং, মৈবা পরে, শিবচীং,
পোইরৈ তোন্না খুম্ভোকডে, অযাঙ লৈমনা পাউথাঙে,
লোযনরব্রবা লোইবীনী, চান্নরব্রুবা চীংলেম্নী,
নোংপোক হারম পাংবদা নোংমাইচীংনা ভাল্লিবা!
কৌব্রু চীংনা লেনফুনী, কংলানদী খোযদৌনী,
লোক্তাক সনা তেঙ্গোৎনী, নমু থব্রায় ওইবনী,
যেংলুবা মাযকৈ খুদিংগী উনবী পুরুীং মুংওল্লী।
পিশিন্দ্রাই লমকেৎপা কৌব্রু লাইশা লোইহুনা,
চোযনৌ সন্না খোংলৈবী, হীয়াই তম্ফা হাৎতবী,
সনাদুং ভাঙ্গোয সনবীক পরেং ক্যাংলীকফাং কোন্দুমপরেং,
হৈগ্রুখাযবী হৈয়াঙ্গ থাম্বী, খোইরা য়ানবী পুমদারীক,
হৈক লীকলু লীকখোম লীকযাল, লৈজৈ লোইনা মম্নীক্লাং,
কজেংলৈ লৈত্রেং উরীকশেকা, পোৎলোই শম্পোংকা মোয়নরা।

লোয়রং ইংগোক, হিজময়েক, লংহৌ, তোঙ্গা উরেঙ ফনেক।
হঙ্গাম মপাল, কুমজিংবী, লমথাং খুংহং ইন্নফী,
হুন্ফুচনবী পুংজায়েবী, কোম্নয়াম্ন থাগোনফি,
ফিথা কিশিন, চাংথ্রংতাবী তরাপুনবা লংহিংফি,
নীংখম শমজিন, থামেনচংপা, নিংথৌফিদী শাইজোনবা,
লৈরুম, পোন্দেল। শাফি লানফী কোকথুম বাইথুম ঈতুমফি,
শারোঙ চীরোঙ, কোকযেং খ্বাঙযেং, চরৈফিদোম থবাকযেং
খোঙতোপ খুত্তোপ খুবোমযাই, খোঙজি খুজি পুম্নযাই,
লেশোন ফুরিং শাইগকপা, ফীগে ফীরোয় ফীঙামগা,
খ্বাঙগী তেমথেং ফিশাচঙ, পাংগী তেমথেং ফিগাচুম
শাজবা ঙাক্লী নহারা নরোমদোম লৌশিং থৌনানা।
কংলা উত্রা শংলাংমৈদী, মেন ফম্বাল লাংফয়ী।
লাইজ ঈপাল লাংকমদী, মুংগী মুংজেং পুথ্রিনী,
থাঙ্গপাংনা কোয়হুনা, লৈজৈ কোন্নুং কোন্দুনা।
যাঙ্গোই শামু তাযবোংথক লাঙ্গোই শগোল শয়াঙপক,
খোঙনেং খুদা শা ওইহুনা, লম্মিং তুমিং যেংহুনা,
অকাবদা দোলাইতোং, অকুম্বদা শগোলতোং,
শঙলেল মাঙ্গোল খেঞ্জোঙলাং মাঙশোক ফম্নলেল খুদালা",
চোয় চাং তম্নম্বী, রায়েল থৌদা পীরম্বী,
হুয়েল লান্দা থৌজবী লানঙম ফীরাল থেংপীনী।
খুদৈশেল কাওশেল, চিনকুপশেল, সনাগী কাগোক চাইথশেল,
চেজ্ঞৈ লনগৈ ফৌগৈ, শিংগৈ শগোল শামুশঙ মরৈজৈ,
শারুংহনবা, ঙারুংহনবা, লৌরুংহনবা, ফৌরুংবা
মথল মথেল থৌগল লাংগল রাত্তপাদনা মপাঙ্গল,
নত্তীক নয়াই নঙালনা, নঙমপাঙনা লৈবনা,
থোংনা নৌনা মেঙলবা, পলেম্নগী জগোয় মনিলনা

মালেমগী মীয়াম মুনহ্বনা, থম্মোযগী মহী চেন্নীবা
নচাকনরল তুংশিন্দুনা থম্বীরম্বা থুপ্তুনা,
খিজিনবা লৈত্রে কাউজন থীনা, নপারি নমোম ঐখোয়না।
পুন্সি পোলোই পাংখ্রবা, নপারী নমোম খিবীক্তা,
নাউরোয় নাউথেম ঈশৈনা, থম্মোয় নারেল য়োহন্না,
পায়মা পুক্লীং য়াকাইবা, পাউতাক পাউমেন পীভম্বা,
শকপীরো ঈমা য়াকাইরোল! শোনবীরো শেংনা শিম্বারোল
পোক্লফম পলেমগী পাউরোল! শোঞ্জরি শক্লোল শৈরোল!
শক্লোল শৈরোল ॥ ... ... ... ...



# পুক্লীংগী পাউরোল

মুংশিনা শেংনা তাবিযু! জরাল অহুই ভাকপিযু!
ব্লারেম হ্লাচোই ওইর'শু, তাথী তাওই' তোবীম্ম!
থমজরম্বা থম্মোইদা, পঞ্জরক্লে পুক্লিংনা
খাকচদরে লৈজবা তেংখোকচরে লোইনবা!
ব্লারেংগী হিদেন তাফমদী, পাংজররোই ঐহাক্তী
য়োনিংলবম্মু যৌররোই! চঙনীংলবশু চঙলরোই!
নঙগী লৈফম ওইরম্লোই। নত্তীক নঙাল তারম্লোই।
করি পাওরোল থাক্লনি? করম্বা পাওমেন পীক্লনি!
ব্লারেংগী হিদেন তাফমদি, পম্মুং নত্তে নঙগীদী!
শৈরেংগী ঈপাক ইরেলনী, নঙনা হিরেল হোনবদী।
কাব্য কুঞ্জগী হিদেননী, হিথুংফমদী নহাক্কী!

বারেংঙ্গুংগী রাহয়না, হৌন হৌনং থোকুনা
শৈরেং' তুংইন তম্নবা তুমিন তুমিন' তাল্লিদা।
লৌখুপ লৌকোয়' লোয়ননা, লোম্না লোম্না ইল্লিদা।
শাংখ্রেদা ফাংখ্রেদা। মরোল মরি যামখ্রেদা।
মঙলাঙ্গান্দা, তাইবঙপান্দা, য়াংদৌ লম্লোঙ ফাংখ্রেদা!
নোংদোল থক্তা মালংপান্দা, মবোল মরোল লৈখ্রেদা।
মালেম' মরোল মনুংদা, মথল মথল' নাইখ্রেদা।
লেঙলি পাল্লি হাইরি হুম্লি, লেপ্লি ফম্লি যুংলি য়েংলি!
তারি তুম্লি, পংলি পুম্লি, হিংলি চেল্লি, কল্লি শোল্লি!
থংনীং থংনীং নীংশিংনা শক্নীং শোন্নীংলকইদা!
খংউ, খংউ উত্নুনা, খংকো কৌনীংলকইদা।
করিবুনো নীংশিংলিবা, কনাবুনো কৌনীংলিবা?
হংনীংবনা হংলগা করি' পাউথুম পীগবা?
মপোক লাংএল কযাদা, করি লম্মল তোল্লকপা?
শিংনীং শিংনীং' শিংঙমদা, কোক্নীং' কোন্নীং কোবঙমদা,
খোযবাঙননা থাঙন্দ্রনা, খৌরাং খৌরাং থন্দুনা
ফোঙঙমদনা ফুম্ফঙননা ফুঙিন্দুনা ফারিবা।
ফংগনিদা ফংগনিদা, নোংমদী শূকশোয় শোযরোইদা।
থরাযনা থিরি থম্মোইদা থম্মোইনা খেল্লি থরাযদা।
থম্মোইগী ঈপাক ঈবোঙ্গুং, থম্মোই' অতিয়া মকোয়ঙ্গুং
লৈকোল ঙ্গুং ও হযকোল ঙ্গুং; ঙ্গুংগী ইংখোল চাউগোযঙ্গুং,
মরোল মরোল মাংখিনি, মঙলান তাইবঙ তাখিনি।
ফংগনিদা ফংগনিদা! নোংমদী শূকশোয় শোয়রোইদা!
থরাযনা থম্মোই থাদোক্লগা, তাইবঙ রাম্না লাল্লিদা!
পাযমা পুন্নীং' পরিংনা লৌখুপ লৌকোয লৈত্রিদা!
ঈয়াং ঈয়াং যাংখোক্লা ঈরায় ঈরায় লায়খোক্লা,

তাইবঙপান্দা অদ্না, তয়াং তশোই তাউদ্রুনা,
মশেল মরাং মারক্লি। মন্নুং মপাল পাংলক্লি!
হায়কম তৌকম খঙদরি। চোইরোল পারোল থোরক্লি!
রাংলবা নোংদোল অতিঙা ঙমখৈ লৈতে হায়নবা!
মুমিৎ থানা ঙাল্লিবা, থরাম্মীচাক্লা লংলিবা!
ঈপাক ঈরোল সমুদ্র। চাংজৌ তোর্ব্বান নাইত্রবা!
তরং মালং ওইদ্রুনা শরা শন্না তামখ্রবা!
অতিয়াবুগু হেন্না রাংই। থম্মোই নোংদোল অতিঙানা।
সমুদ্র। নঙবু হেন্না পাকই। রাখলগী ঈপাক ইরোলনা!
হেল্লী। হেল্লী। লংবা ঙানবা। থম্মোই থাজ থানিলনা!
শীনবা থুংনা কোযরুরে। লযচিলগী দোলাই তোংলুরে!
স্বর্গগী নন্দন কানন্দা, অম্রাবতী' কোন্নুংদা
পরিজাৎ লৈরাং হেক্লুরে। অমৃত হযরাঙ চারুরে।
শোরারেনগা লোযননা, লাই কোটি কুন্থ্রাহুমদোইগা,
সনাগী তাঙবল থত্তুদা, লুপাগী তাঙবল পরেংদা
ফম্রেল থুদা লাংহ্রুনা, চীংলেম্না ফম্মিন্নরগা,
মেনকা, রম্ভা উর্বশী, লযনা জগোই শারিবী'
গন্ধর্ব্ব কিন্নরা খিবিক্লা, পুংশেল তাম্বা তমহুনা,
শৈরেং শৈরোল লাংলিবা, জগোইগী থুংলোল পীরিবা,
প্রলযগী ময়চাক পুরিবা, মুমিৎকী মনাক মক্তদা,
চীক্লা তঙহু লযতানা, ঈংলবা থাজগা থংননা,
ঈমিৎ থীৎনা যেংলক্লে। লাইগী কূম্মৈ উরক্লে।
কুবেরগী কোন্নুং য়ৌরুরে' সনাগী লৈহাউ হেক্লুরে!
ফাল অপাইবী তোংদুনা মালেম লয়দা তারক্লে!
গন্ধমাদন চীংগোন্দা শিদ-হী.দাক থিরগা,
চাংজৌ তোর্ব্বান নাইত্রবা, সমুদ্র' ঈপাক-ঈয়ায়দা

লোংদাউ তাউনা কোযছুনা, তোর্ব্বান ফুংনা কাখংলে !
ঈরোম্নুংদা লুপ্তুন্না মনি মুক্তা খল্লুরে !
লাইজ্জ ঈপাক ঈয়াযদা হীয়াঙ হিরেল হেন্দুনা
লযরাইদগী লযরাইদা, তোর্ব্বান্দগী তোর্ব্বান্দা,
খা রাং নোংপোক নোংচুপ্পা, হুঙ্গৎ-হন্দা ম্লান্দুনা
লম্লেন কয়া য়েংলক্লে ! লম্বাঙ কোঙ্গায কোয়রক্লে !
ফজ নুংশি চাঙ্খানবা উমং-ব্রামং অশোঙবা ?
মী, শা, লাই কয়া কয়া, উচেক রাযা লক্ষা লখা
মরুভূমি কয়া লান্দনা মরুদ্যান কয়াদা পোখানা
মালেম থুংনা কোযরবে। উদবা কয়া উররক্লে !
থম্মোইগী নোংদোল অতিঙাদী, লোম্না কাবা ঙমদবি !
রাখলগী ঈপাক ইরোলদী, লযরাইথিবা ফংদরি।
রাংখ্রেদা তামখ্রেদা ! চাউখ্রেদা পাকখ্রেদা।
মায়কৈ শলাই খণ্ডেদা ! শর' শন্না মমখ্রেদা।
কোয়বা মখৈ কোয়রগা, যৌগদবা যৌরগা,
য়াংদৌ লম্মুক্লরক্লে। তাইবঙপান্দা তাররক্লে !
খণ্ডে ! খণ্ডে খণ্ডমদ্রে। পাযমা পুক্লীং পুনখরে !
খণ্ডহৌদনা ভারত্তা, তাইবঙ মঙফাওনরেদা।
ভারত ভূমিগী মথক্তা, কাব্য কুঞ্জগী মনুংদা,
শৈরেংগী শৈয়ম শাদনা বাঁশীগী শৈরোল শকুনা,
বেদ-ঋচা থীহুনা স্তোত্র-মন্ত্র শোনবন্না
থম্মোইগী নারেল য়ৌহন্না, শৈশিল লাংহনবনরা ?
তোপ তোপ তোড্ডান তোমথিন তোমথিন তাররবা,
শরৎকা বশন্তা ঋতুগা, থম্মোই থাগোম্নহন্না,
বসন্ত-ঋতুগী আবেরনা মেরা থাগী সনারৈদা,
শরত-ঋতুগী সিন্দুরনা, ভুলাংথাগী থঙ্গালদা,

কারন কারন চাইনম্মা, মুংশি খুম্নের অমপা
বসন্ত-শরৎ তিমনা, লৈপুন খয়োম লাক্লুনা,
জগোইগী থুখেক কৎমিন্না, মালেমদা লৈহুন তম্বনা,
ফজবা নওনা পেন্দুনা, মুংশি মিংয়েং থাবনা,
যাইবী থরায় মতানা, কাউভমদবা ওইবরা ?
মালেম পুম্বগী লনগষবু তাবত্ত' লোইনা ওইবষু
চীতু কনাগী থুংশেমনো ? খোযুম কনাগী থুংশীনো ?
ভারতকী সাহিত্য লৈকোলগী-শৈনিল্লাম্বা লেগুরি।
পাইরকখিনি মীংবগী পুক্নীং মকা লামজরি।
য়ৌরকপগী তাংদাওবা, মরোল মরি লৎপনা,
পুক্নীং হাগোক হাগোক্লা, তযাং তাশোই তাউরিদা !
নপাউ খোল্লীক অমত্তং থীকপিরকউ অমুক্তং,
নো'মগী ভাইহাক ভাইহাক্তং ঈংজগে খজিক খজিক্তং
অযুকী লাইশোল মতমদা, নুমিদাংবোইগী লাইনীংদা,
থম্মোইদা মিরেল তারিবা, মুংশি শক্তম শংশভনা।
মিংকুম পুংজা কোবৌ নোংজা লোইদাম থাজ কুমওল কুমজা
মীরোল কযা লান্না লান্না, লৈহৌরনিকো লোম্নাইদনা !
ভারতকী সংস্কৃতি লৈকোন্দা, সঙ্গীত-কলাগী শৈরোলদা।
জগৎকী থম্মোই' ললওইনা, সংসার পুম্বনা শোন্ননা,

"সত্যম শিবম সুন্দরম
সত্যম শিবম সুন্দরম।"



# ১৫ আগস্ট লোকপদা

অনোবা কুমগী অনোবা আগষ্ট।
করি কৎকনি নঙোন্দা?
নহাক্না পাম্বদী সত্য প্রেমনী,
লৈখিদরেনে ঐখোয়দা।
কদায় একতা কদায় অহিংসা,
কদায়নো পুক্নিং অরেপ্পা?
সত্য, শান্তি, ভক্তি মুক্তি
লৈতরে থম্মোইগী শক্তি
লাকনি নঙদী অহোংবা লৈতনা
হান্নগী লৈজবা শকফম!
লেপ্পা লৈতনা মিৎবুপ পুংজা
কায়দনা মফম মতম।
নীংশিংহল্লী নীংতম নুমিৎ
লোইননা লমিৎ তুমিৎ!
অন্ধকূপকী তমথীরবা মীহাৎ,
ওইখ্রবা ভারতকী মনাৎ
জালিয়ানৱালা বাগকী ঈথেং ঈপাক,
তোংশা শত্রুমগী মচাক!
ঈঙাগী নোংঙুম হৈথখ্রবা,
বোম টোপ গুলী লক্ক
ভারত মাতাগী মপারী মমোম,
তিংনা তিংনা পান্থোম!
নোক্না নোক্না চোংশিন চোংশিন,
য়াইবী থরায় য়োম্না!

ঈঙাং পাক্তক ইমুনা পাম্মেল,
ঈথক্ত ঈম্বাক ঈরেল
অশেম্বা ভাক্তব তাউমা তাউনা
পুন্সী পন্দোম লোম্বা
শহীদ লিশিং মথা কয়া
স্বাধীনতাগী লাম্দা
বলিদানম্‌ কৎথরবা
মাতৃভূমিগী দমক্তা
থম্মোইদা মিরেল তাথরেদা,
ওয়রোই অমুক মুৎপা !
লাকখি হিংচা য়াইতম্বা কয়া,
হিংসাগা শাগোম্না
খাওওমখিদে কনামজা,
অহিংসাগী মাওদা।
গান্ধীজীনা পুথোক্লম্বা,
সত্যগী থুংলায়েতনা।
তশেং তশেং উরেদন,
ওমলিবা ঈরায় লাম্না!
হিংসাতনা ময়াই কারবা
বৃটিশ জাতি লোইনা!
কাউওমলোইনে কনানম্‌,
তরামত্তা আগই নত্তবু!
ওসি নিংশিং মুমিৎনিদ্রে,
ভারত স্বাধীনতাগী ॥
চীংমী তম্মী ভারত বাসী
লোইনা লোম্নী শিন্নমী

মচু অহুমগী ফিরাল য়েংনা
শয়েঙ পাম্রোম তিংনা
লৈজবা থম্মোই' থম্বাল লাংনা
শোল্লশী তোযনা তোয়না।
পুক্রীং হকচাং থম্মোই ম্লাওনা
খোক্লেল য়াংনা য়াংনা।
ভারত মাতাগী জয়! স্বাধীন ভারতকী জয়!
শহীদশিংগী জয়।
মহাত্মা গান্ধীগী জয়!

⁂

# ১৫ আগস্ট

শংশভনা উরে মক্তবা মূর্ত্তি "১৫ আগষ্ট" নহাক্কী
শহীদ কয়াগী শেংলবা ঈয়ানা চাইথম্রবা ভাবতকী
পাম্বোমতিংনা লাউবিবা তোয়না "জয়" স্বাধীন ভারতকী
শহীদ লাখা কোটি কয়ানা "জয় জয়" তত্তনা খুম্লক্লি!
ঈংনা শেংলবা মেত্তলবা মালংনা পুবক্লে মায়কয় মায়কয়দা
হুমদোক হুমদোক্লা অমকপা মপৈ মচু অহুমগী ফীরালনা।
নহাক্কী নশেক নওাল লাংবদা মালেম পুক্লীং তুজুংলে।
বুকা সিন্ধু গঙ্গা যমুনা, গদাবরী কাবেরী—
ভগিরথী ইরাবতী মেঘনা সরযু গোমতী—
তথক তথক তনিক তিঙিক শাস্তি' ঈনোং কারক্লে!
চীংলেম্না লম্না লম্না নীংশিং ইংপোমলাংহুনা!
খোংনা লাউনা ভংনা ভংনা লাইজ ভরও হৌহুনা!

ভারতমহাসাগরনা থম্মোই' মপাউ তয়ক্রে!
শতাব্দী কয়াগী রারী রাখোঙ মরী মরী লীরক্রে!
অন্ধকুলকী মীহাত্তা আম্মা বলিদান কৎখিবা!
বোম টোপ গুলিমমাঙদা থবাক লোংনা য়াখিবা!
ঈথেং মরক্তা নোক্লা নোক্লা য়াইবী থরাই কৎখিবা!
তমথোক্লক্লে। ঙসিদী লোইনা, ভারতমহাসাগরনা!
যোগি ঋষি মুনিশিংনা মাতৃ তর্পন কৎলিবা!
জাগযজ্ঞ তৌরত্না পুর্নাহুতি পীরিবা!
য়েংউনে। হে। লাইবকফবা "১৫ আগষ্ট" নহাক্না।
অশংবা নোংমদোল অতিয়াপক্লা পাইরিবা ফীরাল পরেংশে!
নুংগী মিৎযেং তারমখোনে। ভারতকী থম্মোই' লৈকোলদা!
মশা মরেং ফল্লবা তলাপামেল মযামদা—
কাব্যগী লৈরাং শাৎলিবা, বেদগী মহয় য়াল্লিবা!
সুর সন্দনা থল্লবা সঙ্গীতকী আমৃত চেল্লিবা।
তাঙজ মক লৃক্লা লৃক্লা নঙবু স্বাগত তৌরিবা!
মপুং মরয় ফারবী কুমারী মপৈ মপৈনা—
পূর্ণপাত্র পুরত্না পরেং পরেং পৈরিবা!
চাউদম শাংদমজরবা পাথং শঙ্খ শঙ্খনা
অশোক চক্র য়েক্লবা নীংতম ফীরাল পায়ত্না
মাযথোং মকা লাম্না লাম্না জয় মঙ্গল লাউরিবা!
থোরক্লিদো লাযরবা অচো-অনং খিবীকশু!
ঈনাক খুনবা অচৌবা ত্তৌবা গুম্বা মথৈশু!
মপুরোইবা কাযনরবী মপারি মমোম শেৎনরবী
নৌনা মাযহিং কারবী মুজাশিংশু য়াওরক্লি!
লুথোং চাক ওইনবনা, লৱাই কোরেল তাঙলবী,
অহলগী মতম ওইবনা, চয়শু পাল্লোয়নরবী

পলেমশিংগু য়াওরিদো, মভৈ থক থক নীরুবী
কয়াক কুরু কারবা হন্নুমাইনেরবা
ঈপা ঈপল ময়ামগু চীখদনা লাকুনা
হে! চীর-অতিথি' নঙবু ওকপা য়াওরিদা!
য়েংউ লাইরয়খাক্রুশ্, মশীংনাইত্রবা শাহিদশিংনা,
স্বর্গ লৈরাং চাইথরি খ্বাম খ্বাম পায়দ্না!
গান্ধি সুবাস নেহেরু লাল বাহাদুর শাস্ত্রী
লোক মান্য বাল গঙ্গাধর তিলোক, প্রফুল্লচাকির ক্ষদিরাম—
দাদা ভায নৌরজি গোপাল কৃষ্ণ গোখলে,
ভাগৎসিংনা চিংলবা দেশ-ভক্ত খিবীরা
স্বদেশ প্রেমগী ঈরানা মিৎলু পিরাং ঈরোয়না
মনুংগী লম্লেন লমুংশি সত্য শান্তি মশাইগোল
লোয়া থুপ্পা লৈরিবা, ফজবা মাগী মনাক্তা
মালেম লয়মা মাযোক্তা, নঙবু স্বগত তৌরিনে!
উদবরনে! তাদবরনে! রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা,
"জন গন মন" শৈরেং শৈজন থম্মোইশোক্লা শক্লিবা!
ব্যাঙ্কিমচন্দ্রনা "বন্দে মাতরম" মাতৃ মন্ত্র শোল্লিবা!
তাওদো! লাইরয়েন্দম্ব মন্ত্রগী শৈনিল লাংলিবা!
বীনামন্ত্র সারঙ্গ বাঁশী মেঙনা মিনা খোংলিবা!
নাগনা পুংজাউ ডুন্দুভি ডম্বরু, মরোলস্না য়ৈরিবা!
ব্রহ্মাবিষ্ণু মহেশ্বর, রাম কৃষ্ণ নারদ—
অগ্নি, বরুন, যমরাজ, ইন্দ্ররাজগা লোয়ননা—
চন্দ্রতোপ মখাদা পারিজাৎ পলেং পায়থুনা—
হে! সত্যগী অতিথী! নঙবু অয়াম্মা ওক্লিদা!
কাউওয়োইয়ে ফনাবস্থ! আগম্ভ নঙবু করিস্থ!
থম্মোই লাইযুম লাইথুমদা য়েকথ্রবনি হকুনা!'

মাতৃপ্রেমগী পিরাংগা, স্বাদেশপ্রেমগী ঈন্নাগা
সাখ্য দাস্য বাৎসল্য শৃঙ্গার করুল বীররস,
জ্ঞান যোগী কর্ম্মযোগি ধর্ম্ম যোগি, সন্ন্যাশী
ত্যাগি কয়া কয়াগী বলিদানগী ঈরীকা
পুল্লপ পৃম্না তিম্নহুনা, শাইওনখ্রবা মহাক্কী!
অচুম্বনা লম্বীনি মাতৃপ্রেমগী খোংথাংনী।
নোল্লুকপনা শাজৎনী, অখাঙকনবনা পাম্বৈনী।
অহিংসানা পাঙ্গলনী! সাহিত্যনা ফিজেৎ লৈতেংনী।
মীরম্নেন লাইরম্নেন অনিমক্কা, পান্নরবা স্বধিনতা
হে! স্বাধিন্তা! হে। স্বাধিন্তা
"সত্যম, শিবম সুন্দরম"



# নীংতম পাউজেল লাক্লবদা

হে! ঈমা। ভারত! ভারত পুন্যবতী ভারত।
নপারি "আগষ্ট ১৫" না পাউদম্নরে নৌনা!
মচু অহুম্না লৈতেংলবা, নীংতম-ফীরাল পায়না!
"বন্দে মাতরম" শোন্না শোন্না "জন গন মন শক্ল-শক্লা!
পলেমগী নীংতম-নুমিৎ তাক্লি! পাযমা পুক্লীং য়াকাইহল্লি!
নীংশিহল্লে! নীংতম নুমিৎ লোইনা লম্মীৎ তুমিৎ।
অন্ধ-কুপকী তমথীরবা মীহাৎ ওইখ্রবা ভারতকী মনাৎ!
জালিযালরালা বাগকী ঈখেংগী ঈপাক তোংশা শাহুমগী মচাক!
ঈঙাগী নোংগুম হয়থখ্রবা; বোম টোপ গুলীলকা!

ঈমা নঙগী নপারি নবোম, ভিংবা ভিংবা পাম্বোম,
নোক্লা নোক্লা, চোংশিন, চোংশিন, য়াইবী থবায় কংশিন;
ঈঙাংনা পাক্কক ইমুনা পাম্ফেলা, ঈথক্তা ঈপাক ইরেল;
অশেম্বা ঙাগুম তাউনা তাউনা পুন্দী লোয়া লোয়া!
শহীদ লীশীং লথা কয়া স্বাধীনতাগী লান্দা-
বলিদান শেংনা কচ্চখিবা, মাতৃভূমীগীদমক্তা
থম্মোইদা ম্রিরেল তাম্রে ইমা। ঙইররোই অমুক মৃৎপা!
হে। ঈমা। ভারত। ভারত! পূন্যবতী ভারত।
করি করিবু কচ্চবা ঙম্লগা লেনবীবা ঙইগনি নহাক্লা?
ইমানা পাম্বদী সত্য প্রেমগী অহিংসাগী দাননী।
করম তৌগনি, করিবু হাযগনি। লৈখিদরেদো ঐথোযদদী।
কদায একতা, কদায অহিংসা, কদাযনো পৃক্লীংগী অবেপ্পা?
সত্য-শান্তি, ভক্তি, মুক্তি, লৈখিদ্রে থম্মোইগী শক্তি।
অতুবু ঈমা। কচ্চরি নচানা পৃক্লীং ব্রাথল লোইনা।
নতীক নগুন শীংথাজবা, মাতৃ মন্ত্র ঙইনা।
ঙাকপিযু ঈমা। অয়োল অরাল, পীনবীযুকো থৌজাল।
হে। ঈমা! ভারত। ভারত! পূন্যবতী ভারত!
নমোম তোম্বী মৈতৈ লযমা, য়াওজরিকো ঈমা।
মশাইগোনগী শীংযেল লৈরাং কচ্চদূনা শেংনা,
"মনুং মতম ঙাইনা" মিংথোঞ্জবা মপাম্লিগী শৈরেং অমা,
শৈরাংজরি, লৈরাংবদা নথোঙ থম্বাল য়েংনা!
থৌজালগী ঈরা খীকপিরম্মূ, নমোম লাংলেন তোনবু!
হে। ঈমা। ভারত! ভারত! পুন্যবতী ভারত!

"মনুং মতম ঙাইনা"

লাপথ্রবা লমদম মযামদগী খুইথ্রবা কোয়ো কযাদগী
হোরেল, হযেং হংচীৎশিং মশেম ময়ো মকাপশিং

হৌখ্রবা মতম ময়ামদগী হৌনা অহিং হুংখিল অনিমক্তা
শৈরেং শৈরোম শৈজনশিং-শৈরাংলি, শৈহেক শৈরোলশিং,
অত্তং-অথম লোয়াইদনা,. মিংকুপ নাক্ল লেপাইদনা,
রাংলবা চীংজাউনা হীমালয়গী, পাক্লবা ঈপাক্লা সমুদ্রগী,
পাং তুরেল তু, খোং কয়ান-চাউরবা মরুভূমী ময়ামা,
শোঙলবা অক্লোল কাননশিংনা, কুংলবা লয়চিল, উমেন মপৈ মপৈনা,
থিংঙমদ্রবা শৈরোলশিং খামঙমদ্রবা শৈহেকশিং
মালেম শন্না মালংবনা, মাযকয় মরোল ময়াম ফাওনা,
অরোনবদা অফোংবদা, অশোঙবদা অকোকপদা।
পুরি, হুম্রি, শক্রি, শোল্লি। উংলি, ঙংলি, লাউরি নিল্লি।
অরেপ্পা, পোম্বাবা লৈতনা, ওইক্লবা ওইথকপা থিদনা!
অবন্তিপুর শ্রবস্তী নগরনা, লিরী খোইরী নোকমী নোকমিনা,
খোংকুর মোমোন হরাউ হরাউনা, তুমিন, তুমিন্না তাম্না তাম্না!
লৈজবিদো উজ্জয়িনীবু য়েংনা, থম্মোই মিংস্না থম্বালনা।
আস্কানন্দ ইচেল মচানা সুপ্রা সরজু তুরেলশিংনা
শিন্থরিদো লিবি লিরি, মিংস্না পিরাং মরী মরী।
নীংশিং নী'শিং নৌহৌননা, খোযরাঙ লিলাঙ হুংওননা।
শাগরগী লোয়াইদ্রবা, প্রেম' লাইজ ঈরেলবুংদা!
য়েংউনে। মালেমগী পাক্লবা, মহাজলগী মাযকয পাংনা
থরাম্নীচাক্লা চমকী থিল্লবা, অতিয়াগী থাকল মথাদা!
দেব-গীর্বা' চীংযাদগী, কৈলাস পর্ব্বত চীংদোন্দগী'
কন্ব-মুনিগী আশ্রমদগী, অযোধ্যা, হস্তিনাপুরদগী
নোংচুপকী সমুদ্র রাংমদগী, থা.রাং নোংপোক পাংবদগী
শৈরেং শৈঙম শৈযোম্না, শৈজন শৈহেক শৈদাম্রনা,
গির্জা মসজিদ মন্দিরশিংদা, লমদোম কাচিন কোয়াশিংদা,
শক্লি, শোল্লি শেংনা শেংনা শোর চনীং তানা তানা!

তাএদো ! তুমিন তুমিন্না, আগ্রাগী তাজমহল মন্নুংদা
মগল মর্য্যাদাগী থাকল মথাদা আর্জমন্দবানুগী শৈহেক অমা
তানসেনগী শৈহেক্কা শৈদান্নবা, শাহজাহানগী থম্মোইগী শৈনিল অমা
শক্রি শোল্লি মুংশি থুন্না, মমতাজ । মমতাজ । শোম্থাংননা !
তানরিদো ! যেংনরিদো ! থিনরিদো । ফংনরিদো !
বংশীবততা বাঁশীগীশুর । কদম তলাদা নপুরগী খোঞ্জেল !
জাবততা রাখাল বেশ । কুঞ্জবন্দা নটবর বেশ ।
ভক্ত, সাধু যোগি, ঋষি, রসজ্ঞ, বৈষ্ণব. সন্ন্যাসী
শাখ্য, দাস্য. বাৎসল্য, মধুর শৃঙ্গার বিভ্যাস,
শান্ত, করুন ভযানোক. রৌদ্র, অদ্ভুত, প্রেম-রস,
হযথরি, শিন্থরি রসগী ধার ; ভাললি লংলি ভাবকী মণ্ডাল
শান্তি, মুক্তি ফংনফম, জাগ যজ্ঞগী চৌরকফম
হোম জোপকী থোরকফম ভারত-ভুমী মথক্তা !
অমনা অমগী ময়ান্না ময়ামগী মযান্না অমগী অমনা মযামগী
শৈহেক, শৈদা শৈরোল শৈনিল, শক্রি. শোল্লি. শারি শীংলি ।
ভাংলি, ডংলি নিল্লি, লাউরি । অহিং মুংথিল লেপ্পাইদরি ।
আরবকী মমম মুংশিরবা, মহী লাংবা পোৎ মথৈনা,
হন্না হন্না চান্নবদা ঈথেং ঈনম কোকতমদ্রবা ।
লেডী মেগ-বেথকী থুপ্লবা. থৌরবা থাঙ-শাং শেন্নম্বা,
বুনাম-উডপু কৌদুনা, ডান্সিনাল চীংখোঙ যৌহনবা !
সেক্স-পিয়ারগী শুঙ্কংলবা খায় ! খায় ! লাউবা খোল্লাউনা
হৌনা হৌনা হৌজিকফাওবা, নৌনা নৌনা তান্নিদা !
অমুকন্থ হঙ্গংনা 'লীলাবতী. খোন্না গার্গিয়, মৈত্রেয়ী,
ভব-ভুতি বেদ-ব্যাস, ব্রাহ্মা শিব নারদ,
ও ! চঞ্চুরবদী মরোল মরোল ! থোরক্লীংলোইকো নহারোল !
ঈচোই চোইনা, ঈচাই চাইনা, মিৎযেং ফাংনা থারুবদা

সীতা, লক্ষ্মী, সরস্বতী, কুন্তী, সতী গন্ধারি,
উগনি সতী সযম্বর ! দময়ন্তী, সাবিত্রী
যক্ষ প্রজাপতিগী মুজাম্ন মমাং কংজবীদা
সতী স্বয়ম্বর ! সতীদাহ ! ও ! সতীদাহ যজ্ঞ কহরক
ভাগবত মনুসংহীতা ! বেদ শাস্ত্র বেদান্ত !
গিতাঞ্জলী' খুজোক্না, যা চন্দন খীকুনা
গন্ধ-চন্দন চঙখরিবা ! লৈ চন্দন চাইখিবা !
গন্ধ মাদন চীংদগী শিদ হীদাক খীকপগী
হিংলিবা মীরোল কয়া লান্না অমর থুভম্ন কঙ্গবা !
থুয়বা থম্মোই' শৈরোংনা তাইবঙ শন্না শন্দুনা !
বাল্মীকীগী রামাযন, তুলশী দাসগী শৈরোল
''রাম চবিত মানসনা মালেম' মমুং মপান্দা !
জাতি পুম্বা যার্কাইরে ! মালেম মরোল চোংলক্লে !
মহৈ মহৈ মালহৌনরে ! মমুং মপাল ফাওনরক্লে !
মশক মওঙ মযাম কংশে, মহৈ মহৈ খঙনরক্লে !
কদায নঙগী ঈশৈদী নপুকথোকী পাওমেন্দী ?
ওম্নরোইদ্রা তাহনবা চীংলোল মাপল লাম্থোক্লী ?
মরুভূমি কিবনরা, মপান নাইদ্রবা সমুদ্র !
ওম্নরোইদ্রা অযোধ্যা পঞ্চবতী বন য়োক্নবা ?
সীতা সতীদা পাউদম্বরা ! কাব মুনিগী আশ্রমদা
শকুন্তলাদা শোক্তকরা, চেংলো শকখঙনজক্করা ?
হা ! উচেক লাংমৈদোল থাদরম্দাই নতু-নমান
তোল্লবী মুজা অমমগী মফমদা মশা পাওবা ওম্নবা ?
নোংমদোন লান্না পাইদুনা মোমবা মরানমাম য়োনবা ?
ওম্নরোইরা পাইজবা, নোংচুপকী অতিঙা মরোমদা !
স্নাইলাককী মতুংদা মন্স মন্স ইন্দুনা
কংলয়পুংগী মপাউখোল নোংচুপ মায়কৈ য়োহনবা ?

খোঙ্জেল অমনা শণ্ডহৌদনা ঙাইখোনে নঙবু খৌরা লবা ?
হুম্বখোনে লাওতক্লব'; ওমখিরোইনে পনবাল লানবা,
হৌজিকপু ইমা লয়বাক্তা তারিবরনে শীনবা থুংনা ?
চীংলোল মপালগী পল্লোম্লু'দা চীংমী তম্মীগী শাইগোম্লু'দা ?
চীংনা কোয়না পনশাবা চীংমীনা কোয়না পনঙাকপা
মৈতৈ কংলয় পুংময়োলদা, কংলা উত্রা শঙলাংমৈদা,
শক্লিবরনে শোল্লিবরনে শৈরাংবীনবা লৈল্লিবরনে ?
লানশোম্বীগী লময়ায়দা মোমম্লুনা বারে পোখাবদা
লাংশিনখরে ! লাংশিনখরে ! অমত্বা মরুম্না লুমশিনখরে !
তুমথখরে ! তুমথখরে ! য়াকাইবীনবা লৈখিদরে !
মীচীক মীখোল তাত্রবা, চক্ল চক্লবা মফমদা
লোক্তাক, ঈথায খোঙবান্দা, খেবপুংগী পুঙযাদা
কবো শেম্বী পদাংখোংদা, লাইহল্লীগী লমদমদা
হুইবীদাক লম্লাংখোঙ ক্বিকুপ্পী চীংনা'মু লৈহাউ পোকপীগী
মচি ময়া মরুমদা, নমু মী পোং উহন্দনা
তাংলো লৈনা থেঙনবা ঈচীক তানবা অহিংদা
কেগে খারী লমজাউদা, মোইরাং খোয়রী কৈথেলদা
কংলা উত্রা শঙলাংমৈদ', চীংয়া তময়া পাংয়াদা,
মোয়্লু মুজা অমত্তংদী থম্মোই শোক্লা তেংথারি !
তাইবঙ মঙলাঙ্গান্দদী হীক্লা হৈনা শৈহেক্লি !
অমত্তনী মশামক্লী, মশক মক্ষি হোংবতনী
খোয়রী কৈথেল লাইরেম্বী, মৈতৈ চনু পলেমনী ।
লোন্দা পুদা শৈহেক শৈদা পাউরৌ, পান্থৈ হোংদনা
লোইবী চীংলোল মাপালমুংদা, লৈজবীনী লয়তানা
কোরৌ শীংবুম কয়ানী লোইদাম থাজ কোঙ্গায়নী ।
কুমজা কয়া কৌত্নুনা, কুম্রেন কয়া কোন্দুনা

কপথিগবা কয়া কুইনা ভারত' শঙ্গাই নাম্বথম্ম !
মরোল মরাং তাকুনা. মরোল মরি মাঙহ্নন';
মচাক মরল লৈনা লৈনা, মচুং মতম ঙাইহনা !
ত্যেংথাজরি ! নমোম তোয়া পলেমগী থৌজাল নিহনা,
হে। ঈমা। ভারত। ভারত। পূণ্য বতী ভারত
হে ! ঈমা ! ভারত। পূণ্য-বতী ভারত ॥



## "নোঙ্গৌরোল"

লাকও ! লাকও নোংলেন লাকও !
নোংদোল লাইজ শিহ্নরো
পাং কোম তুরেল থলহল্লো
তরাম থৌরাং কোকহল্লো;

ফাইরেল লমদা লোইদামকোল
কাম্লে নঙনা নশাইগোল
কুম্লেন কুমখায কুমদমখোল
খো'না লাউনা নপাউখোল

লাঈজ লাংকপ চাইনা চাই,
নকুম নথা ঙাইনা ঙাই,
লয়চিল নোংফাই. ওইনা ওই,
নোংদোল থুংনা কোয়না কোয়,

নকশিল্লক্লে লোইদাম থা
ঈঙা ইঙেন নোংজু থা

অশংবা ! কৈশংরোল "অশিঙাভ
মুরয শংদা ; মরাকা
মুরযনবা : নথথাঙা
নোংথাঙ লীক্লাং " পরেংনা
খংঙাল খংঙাল ঙান্দুনা
খেক্লা লাউনা নোকুন্না
মালংগী দোলাই তোংব : তোং
নোংথাঙ লযমনা মাঙদা থং
কুপফেৎ কাফেৎ ঙাম্না ঙং
খাক্লা লাউনা খোংনা খোং
লাকও। লাকও। নোংলেন লাকও।

পুখ্রী তুরেল পাংহুংদা
খোংবাল লুক্লাং কোম্মুংদা;
মুংশি কপচেৎ চাউববা
হঙোইনা কুমদম লক্লেদা,
কাওজেঙ হারৌ মপৈনা।
তুবী নারক হেন্দুনা
হরাউ ভয়াম খোঙেলনা
শৈহৌ শৈরোল তাক্লে।

ঈখৌলাংবী নোঙ্গৌবী
নোংদোল লাঈজ ঙাইরিবী
পুখ্রী পাং খোংবাল : তুরেলগী
লাঈজ ঈশিং চৎলবী
মচা চাকইঙৌগী
তুরেল লয়নাবা য়াওক্লবী

লোন্না থকে তৌরক্কই
লাউবীরে ঈশিং জমানবী !

খৌরাং মৈচাক খাঙহনা
পামেল ফৈরা কঙ্গ্রেদা
নোংলেন নঙবু কৌদ্‌না
খৌরাং খৌরাংনা খোংলেদা

লাকও ! লাকও ! নোংলেন লাকও !

ঈকাঙানা খেরাৎথাং
লেমলৈ ঙাযাম মখেলাং
তাইবঙ প্‌ক্রীং ঈরাঙ লাঙ
ইঞ্জিং লোংখোল লাংনালাং

লৌবুক নমদম পাংনাপাং
কাওরেন শনপোৎ মপান্তাং
পোৎপু লাঙ্গোল খুৎশুলাং
লৌকুমলৌরাং খুৎলমফাং

লৌখোং লাইজন। ঈরুলং
লৌহোম্না মংনা ঈশংশং
লৌরী রায রায় চোম্না বাং
চংহম্লো হানৌ লেঙ লেঙ লেঙ

কোংরৌ মযশা লাংবমা
নৌনা থুইকম চম্লবা
মহয মপাল ফেন্দুনা
মরোল মরাং ফারবা,
হযরাং লৈরাং খিখিক্লা,
মনা মশীং মযামদা

নওগী থৌজাল ঈবাদা
চাইররো ময়োল চোংনবা
লাকও! লাকও! নোংলেন লাকও!

নোংলেন ফৃক্ৎপ মরিমক
লোইনরকউ ওম্নমক
মালেম লযমা মশামক
খঙহন খঙহন্না লোইনমক

মালেম মায়থোং ওালহল্লো।
পুক্লীং মকা লামহল্লো।
মহয মবোংনা থলহল্লো।
লৈত লাযর কোকহল্লো।
লাকও! লাকও! নোংলেন লাকও!

নকুম কুন্থী নথা থাবী,
নরা খ্মাঙ চাওশিল্লক্লি
হেদো হেরাউ মুঙাই যাইবী
নিংশিং মুংশি মুংশল্লক্লি!

পল্লগেকো পেল্লুকো
পারী পুরী পাউরৌদো
শেম্না শানা শম্রেকো
শেংনা শোন্দে শাউন্কো!

চো নোংও। চুথরো!
লাংজীং মতোল থুক্সংলো!
পাশোয় মুরাবী তাউথরো!
উনম পাথং খ্প্ররো।
হমুবা হমুবী তাউথরো!

হো! নোংও চুথরো!
চুরো চুরো চাইথরো!
জীরি জীরি শিন্থরো
রারা রারা!
নোংলীংখরায় নীকথরো!
হো নোংও! চুথরো!
হো নোংও! চুথরো!
চুথরো। চুথরো! চুথরো! .... ...



# চৈরাউরে

শজিবু লাকযেল তাইরে। কুমলে কুমনৌ লাক্লে!
কুম্লেল মপুংফারে! শংলেল ফীজোল হোংলে!
চৈরাও চৈশীং ফারে! চৈকক চৈরৌ চল্লে!
চায়-চিন্ন চুননা, চংনরোল, চুমচং চংননা,
হীয়াংলোয় নামোই মিংকৌবা, লৌখাম থায়োয় কোলোম্নবা,
খুরখুল তেপীপাগুম্বা, চোংথোক্লক্লি রাত্তনা।
ঈপানাং, ঈপুনাং, ঈরাং থেল্লাং থৌকায়াং,
মরোল্দোমনী তোপতোম্মা লৈরক্লি খুলোয় খুংমাবা।
"নযুতুবী য়োয়নোংদা, মোংদা লাইরেল পাখংবা,
চীংগু কায়নৌ চীংলোমবা, খোযুম অনীগী লোইদামদা.
মকুম কুম্বী থারেলনা, মৈনা রায় তাংনা শম্না,
লোইদাম থাবী লম্দা থা, নমথায় কুম্বী চৈহোৌথা,

থাদোক্লরে মুংথোয় থা, শজী ফুক্রেল থাজন,
শজিবু লৈখুল ফুল্লনি, কোংবা লৈথোং কাব্জনি।
মাকেল থাজ লোইখরে। য়েম্নৌ য়েম্নীং ছুনখরে!
শজীক্লা শংনা শৌরক্লে। তিঙ্গোইনা পুমথাঙ লোল্লক্লে!
মালংনা শউম চাউরক্লে। উয়াউ খোল্লাউ কল্লক্লে!
চীংযা ভমযা লোকয়াদা, লৈরক থুল্লক থুনযাদা,
চীংহাউ মপালনা পুময়োম য়োম, ফুবাউ মপালনা পুমঙাংঙাং,
চীংলোন মাপল' পল্লোলমুং, পলেমগী ইংখোল চাউগোযমুং,
হৈরাং লৈরাংনা লৈতেংলে। থোযুম লাইমিং পাঙলক্লে!
যুম্লাই, লম্লাই, লাক্লরে! লৈরক কোনশাং লাংলত্রে।
যেন্নথা লুখা পাউতাবা শাইগঙ শয়া পোল্লিবা,
লৈবক যারৌ শাথোবা, খোংবাল লুক্রাং লাল্লুম্বা,
শরোয ঙারোয শুনবা লৈশী লৈথোল্লাংহনা,
কুমথী কুমগাংদনবা, হাযজচৎচ নোঞ্জনা,
নমু মীপোং পুম্বনা পাযমা পুক্কিং পল্লেপ্পা,
শংলৌ তাউজীং হৈবাং থাং, শীংয়েল লৈরাং লৈচল্লাং,
ঈরাং থৌনি থৌরাংলে। তীনমু লাইমু তাইনরে!
কোক্কল, উহল, খোইজুলৈথায, ঙাইয়েল পুংফাই লাল্লুকোক,
ওকথোক হাইদোক চাম্নথোক্লে! লাইশোল ঙীনশোল্লাউথোক্লে
শজীবু লৈখুল তৌদনবা, মিরেল পাবোং লোক্কনবা,
ঙাক্লৌ পোরোল লোন্দুনা, হুইয়েল কাম্নল থাহনা,
মুঙাই য়াইবী পাংথক্লে! পুন্নশী পোক্লোই পান্দমে!
মীংশিংলুবদা মুংওল্লী! লোংদাম্নদনা মুংফাওই!
কয়াক ফুক্ক কান্নবী, মুত্থং খোইবাক শান্নবী;
চৈশু পাল্লোয়নবিনী লুথোং চাকওইনবিবী,
কোরৌ মুমিং খুদিংগী খোম্নবী কৈথেল কাম্নবী,

পাংলেম শেক্কী শিংননী, লোংঙী লোদস্থীবদী !
শংলৌ মথেল শুনবা, নম্নৌ অপেল লাংথদী !
পন্নীংঙ্গৈ পুক্লিং পেম্না পেম্মা. শলেমশিংনা শান্না শান্নবীবা
পেরুক, কোমপ্রেক, লোকুলৈ পুক্লৈ. য়াইশল কতবা থাংজিল্লেম,
যেল্লাঙ, কেঙোই, হৈকক্‌যেন্নী, য়েন্দেঙ, চোম্লাং কাওখুম মুনীল,
থম্বৌ, হৈবোং, মরোম্ন মপাং, শিংজু মন্নাজ মপাং মপাং,
হৈরাং চরোং, লৈরাং নাচোম, য়্রোঙ্গি, খেঙ্গি মথাল মকল !
চেঙহী মযান মচল শুনা, মথা থাম্নি মথেল, মথেল !
শীংয়েল লৈরাং' লৈপন্দ্রি, তাউজীং হৈরাং হৈথাজি !
থিনগংকক্লবা, লৈপাক্লে, পোমথংকল্লবা পোক্লকলৈ,
কবোক্লৈ, লৈরাং লাংথে শংলেন শবতুণ শংক্লৈ
মেলৈ, লৈরি, হেক্তৈ, শমজিরৈ, অনিরৈ; উরীরৈ;
লম্ফেল নারা কোম্বীরৈ, তাকয়েন তাবী কোন্দারৈ,
লোয়ুয়ৈ, অগুরৈ, থবাকলৈ, কুমস্থুলৈদী চোম্নাংলৈ,
থরো, থম্বাল, থাবীকথা লৈরাং কয়া লৈথ্রিব';
মতম্না অকক্লবনা, পঙ্লবা ভমক্রে লোইনবা !
মালৈহে, চোরফোল, হৈযাই, হৈরী, মঙ্গে, হৈমাং, নোঙ্গাংহৈ;
হাযকুবতনা, হৈগোনৈ ! শোল্লুবতনা শোম্বাংনৈ !
কুমগী অনৌ অপেন্দী, রাত্ত-পাদনা পীবিরি !
লৈত-লায়র, লৈতে। অরা-মুংঙাই, নাইদে !
শোয়দনা শংশঙ শোন্নরি। কাউদ কাংদনা কৌনরি !
চৈরাউ কৈথেল। চৈরাও কৈথেলনা থোরক্লি
কুম্নেন মাগী মরন্নাই, মকুম কুম্বী; মথা থাবী,
পারী পুরী পুক্লীং পরিং, পুনা লাক্লি, থৌদাং পরেং !
কাংথুং তরেং তরেং নাইনা লমথা চেকফে কাংথুং থায়না,
থুংশি তাইজাউ লাঙজে লিংনা কাঙলোম্লেনা কাংকাপ্ননা,

পুন্সিরোল পান্দম পাংনা পাংবা, শরায়গা থাগোল্লরকপা,
কুমজা কয়া শুরক্লবা ! কুম্লেল কয়া লাম্লক্লবা !
হংলুরম্লু ! খিরুরম্লু ! য়েংলু, খল্লু, উরুরম্লু !
চৈথারোল কুম্লেল পাবনা, পাজরম্লনী মরাইনা !
লাইশীংথেক শীংথাবীনা, থাজরমগনি থাগোল্লা।
মপাম্মোংদা উদবম্রি, শমু মিংলম তামখিবগী।
খোযুম লাইথোঙ শুনবগী, মম্নুং মপাল য়োৎত্রবনী।
মালং থমগোম নামিবগী, শউম্না শরা শনখ্রবনী।
মাঙজ্রি। তাজ্রি। তেকত্রি। কাযত্রি ! লোইনা লৈরি, মরী মরী
মীরোল কযাগু হৌখিনি ! কুমজা কোঙ্গায়গু কুমখিনি।
লৈহৌখিনি চৈরাউবদী, মালেম্না মতম্না লৈরিমথৈদী !
চৈরাউরে। চৈরাউরে। কুমশিগী চহী চৈবাউরে।



# লোইদাম কুইরে ঙাইজবা

পোক্লফম লমদম পলেম ইমা।
মুংদা নীংশিংলকপদা !
অরাং কৌক্ল নোংখোংলে !
চীখ্বেদা মুংশা শারক্লে !
নোংমাইজীং ফীরুক থুমলক্লে।
লোক্তাক্তা ইঙৌ চাইখরে !
হুপ্পা লক্তা হাগোকপী !
কল্লা লক্তা চাকথোকপী !

কোঙেং কোকফাই কান্নিক্রে।
কৈরাইদা সুংশেল খালক্রে!
থাজ ইথিং করাংচীং
থাংজীং চীংলেন শোরাচীং
কৈচিন্না পোমাই তুখরে!
নোংফাইনা কৈমাই শীনখরে!
খোর্দাক মন্নিল ফুনখরে।
চীংমুং হুৎশু মমখরে।
মালং নোংলম ফাওদরে!
খম্নুং খুন্নুং খওদরে!
মালং খমগোল নামিবা
কোলোই মপাউ পুদরে!
শেম্বুং খোঙ্গেল তাদরে!
কংলা যাইপুং থীন্দরে।
কেগে খারী লমজাওদা,
মোইরাং কৈরক খুন্নক্তা,
তৌদ্রি খোঙ্গেল লংখয়ে!
খুন্নুং শৈনিল লাংদরে!
হাবুঙ মোংশোং মরক্তা,
উথীং রাথীং খোংলম্বা,
চরোং লাংদোন লান্দুনা,
পেবেৎনা পাইবা তম্বা,
শেল্লোই পীরেল থতুন্দা,
হুপনৌমী মতোল চীক্তনা,
নোংমদোল মায়োক য়াফুনা
উথুম্না তুম তুম য়াকাইবা,

লাইহরাওবীগী ঈরেম্মা,
লেমচৈ তাচগ তালম্বা,
থোংথীদরে! পাইথীদরে!
য়াকাইথীদরে! তানথিদরে!
শীডেল শৈশং খোকবাইবী
পামেল কৈরা তোংতনত্রে!
মেলৈ লৈনা লোকচুমপাল,
কদাম্বা লৈমী শাকথত্রে!
চৌংদা কাম্বুনা লৈহেত্ত্রে!
তমদা কুমহুনা লৈথিদ্রে।
শরাং লাইগী লাইমাতদা,
লৈরাং লৈছল তমহুনা,
উদববা চেংক্লৌনা,
নু.লোন মায়োক য়াহুনা,
লাযত্রায় জগোয় শাথিত্রে!
নোংদ্রাই জগোয় উংথিত্রে!
কোওমজবা মরোম্বা,
মনুং পাউনিল্লাংহুনা;
লম্মীং তুম্বিং থাওমদা,
থরাইনা মীকোন পাংলোম্বা,
মনুং হনবা লম্রেম্বা,
লোয়া খুদা ওানবরে!
শৈজন শৈওক খুৎথাবা,
লম্মিন পেনা খুনলোইবা,
মরোমদা মরি লহথরে!
শৈকোল লৈমী খামথরে!

উরিক শেকত মাওরন্নি!
মতু তুবুম তেরমন্ত্রি!
কুমজীংবীসু মক্করি।
লমথাং খুৎহুৎ মাংদরি!
কংলাগী নোংচুপ হারেম্মা,
মুংজেং পুখ্রী মপান্দা',
চেংহী শম্বান্দ লাকলগা,
ইমুগী মরোল শাহ্না,
থেক থেক নৌগ নৌ!
পাহমা পুক্লিং মরাঙহৌ!
ফুদিত্তা মাংজোং চোংবগুম,
শম্বিনা চোল্লোম তৌবগুম!
যুম্লৈমনা লীক্লা কানবগুম!
তেনব্রানা লৈবাক চৎপগুম!
খামত্রাংচাক্কী শাথেকুম,
নোম নোম খোংদোয় হুনবীরো!
চাঙ্গোল চীংগোল লৈব্রিঙৈ!
খল্লো'দা খাবৈ মুংলিঙৈ!
পুল্লৈলোম্বা খোংনাং তেক্লিঙৈ!
পাউনম হিদেন তারিঙৈ!
থোকপীরক্লো ইমাও!
থৌজানবীবো পলেমও!
কীগে খ্বাংচেৎনবীয়ু!
চাংখ্রঙ নমথাঙ ওইবীয়ু!
সনাবুং ঙাজোয় শিবীয়ু!
সনরিক পঙেং থোনবীয়ু!

ক্যাং লীকফাং হাঙ্গীয়্।
লীক্লাং লীকখোম ওইবীয়্!
তৌদ্রি খোঞ্জেল নামীবী!
লম্মিন পেনা লোইনবী!
তাইবঙ পুক্লীং শুম্মাংপী!
পলেমগী য়ারা মুংশীবী!
হারী মানবী মখোঞ্জেল!
তাম্না মানবী নপাউখোল!
তাইবঙ থম্মোই নাপন্দা
তরুনা খোম্থাং য়ৈরিবা!
অহিং লীক্লা তাক্রিদৈ!
মুংখিল লীক্লা কংদ্রীদৈ!
ইথক পম্বেং লাক্রিদৈ!
শামুগী ক্যাং কাইদ্রিদৈ।
মুংঙাইবগী তোর্ব্বান্দা
তাইবঙ মঙফাওনজবা।
য়াইফা খোম্থাঙ মুংশিবা!
থরায পেন্না তাজবা!
অচম্বা মাইথোং থম্বালদা,
অতিংবা মিংস্বা উজবা!
মালেম লৈমগী তম্পাক্তা,
পামেন্না মোমোল নোতুন্না,
নথম্মোয়মুংগী পাউদম্না,
পুক্লীং হকচাং পেঙবা!
ওইহনবীরো পলেম ও!
কংহনবীরো ইমা ও!
"লোইদাম কুইয়ে,ঙাইজবা"

# শাইওল্লিরবী

উরুদনা কজদী খঙলুদনা মুংশিবী
মুজা নহাকপু কমানো
খঙদবনা নশাল্লী উজবনা মওঙদী
অঙকপনা মিংজখ্রী।
শীংঙেল কঙ্জিনা পাশিংগে লৈরাং করিগা শকশিংগে
উমবী পুক্নীং মুদওঅদী।
শুক্লবা চীংমুংঅখুংদা শোঙকবা নারক শীংলক্তা
লোয়না লোম্না লৈখরা?
অশংবা লমহাংদ তুমহঙদা চীক্লবা চীংয়া তময়াদা
অকাবুংকু ওইখরা?
হাম্বুরৈনা শাংজিবা হাবুং মোংগোং মরক্তা
মুনা মুনা য়েংবগা?
রাংলবা লোইবী চীংদোন্দা তলা পামেল মথক্তা
চীক্না নাইতোম্ম অখরা?
নোংমদোলদ অস্তিযা মকোয়দা লৈচিনবী ফুরা মমুংদা
মাতাকপু ওইবরা?
নোংঙালমদাই শাজীকা চীথৈ ফিতুপ ঙাইবদা
মঙবরনে নহাকপু?
মুমিদাংরাইগী খনদা নোংচুপ হারম পাংবদা
লোয়নখরা নহাকা?
ফুগায়না শাংপা লৈরা'না তাহিবঙ পুক্নীং হরিবা
নঙগী মোমোম মীনোক্লা
কুম্মৈ পোকপী চেক্লাব মুমশিংচৈখা খোংলিবা
নঙগী মুদী শৈহক্লা

মেরাগী লৈচিল মরক্তা সনাহৈ পোপতেক মরক্তা
লৈরমগনি মনিংই—
শরৎকী থাবল ঈপোমদা মলাং তাম্বা খুদিঙদা
জগোয়গী খুৎথেক কৎপরা ?
ওলাঙথাগী হুংথিব্রদা লাইজ ঈপাক ঈরেলদা
লাইজ ঈপাল লাংবরা
মুম্বিৎনা চীংয়া থাংবদা মনানা শংলেন শাবদা
কদোমদা লেকফম থিরিবা ?
তময়া খেঞ্জও লাংলকপা কাওরেন কোঞ্জন মতমদা
মাথকৈ কদোম পাংলিবা ?
লায়র খাংপোক মরমদা শেগায়রবা ফরাং ময়াদা
অহিং নোংশোয় লেনবরা ?
অক-মুঙাই কোল্লুপ্তা ফুরা দলান মমুংদা
শাইদাজবা ফংবরা ?
মাইরেলগী শগাই মথাদা চরুনা কুপ্পা খাংপোক্তা
খোংলেন য়াহিপ তানবরা ?
থাঙ্গরাদা চাকথিবা রারুক্রাক্তা চাকহাম্পা
খোইজু মৈকাম হৈবরা ?
লৈখোম লৈনাং চুরবা অদ্বশিংগী মনাক্তা
ফুঙ্গোই রাঙ্গোইবীবরা ? ·
ফদী-ফরানা কুপ্পবা মশাদা লায়খুং পক্লবা
তাইবঙ মীরেম ওইদুনা
কিলাং অশীংনরবা হঙ্গোয়রবা মীওইগা
করিনী মরূপ ওইরিবা
চীংদা কাহুনা শীংজনবী পাক্তা কুমহুনা লোংখোনবী
লৈকৈ পুরৈ হেক্লীবী

লৌরীয়া পীরেন কাচিন্দ পেরুক কোমপ্রেক মনবরা
মশিন শাংবু ওইরিবী
শোরোক য়াওবী মথক্তা লুথোং চাকওইনহনা
খোঙকাপ লুম্না থাংলিবী
মোয় মুজাশিংহৃদা শামু মিংযেং অহৃনা
করিগী হৈনা ভুংইনবরা ?
মিংকুপ নাহুম খুদিঙদা নহাকপুদা নীংশিংবা
করি লাইরা হৈবগে ?
থম্বালনা ফজবা মুংথিলনী থরোনা ফজবা মুমিদাংনী
খুবাক খুনম মনাইরি
অহিং মুংথিল অনিদা অথোই অহেন নাইদনা
নীংথিজরিনে নহাক্তি
লাইজ ইনৌ তারকপা ঈপাম্বাগী ঈপাক্তা
ঈফু নৈহুনা শান্নবা
ঈকা ঙাগুম খেবাংথাং ঈচেল ঙাগুম মখেলাং
মুরা খাংচেৎ মচিলাং
ঈক্তিন লোংখোল তমহুনা লেমলৈ ঙাচং তানবদা
করিগী ঈরাং হৌরিবা
তাংলৌ লৈনা খেঙলবা অহিং ঈচীক তানবদা
তৌত্রী খোনজেল নামীবী
লম্মিন পেনা মখোন্দা থম্মোইদা খোম্বাঙ যৈরকপা
নপাউ খোনবু নীংশিংই।
অযুকী য়েন্দা মমাঙদা অহানবা শরীক মখোম্না
থম্মোই ঈচীক য়াকাইবা
লীন্না পুবা মালংনা তুরীক তুবুম খুদিঙদা
মুংশি ঈরিক থীরকপা

তমঙমদন্দা ম্নুংঙাঙ্গৈবা   ফোঙঙমদনা অৱাবা
পাযমা পুক্নীং পম্নুংদা
লৈজবা পুম্বা কাউহনবা   ওইজবা পুম্বা মাঙহনবা
করম্বা নত্তীক নয়াইনো ?
মুমিদাংৱাইগী মতম্দা   তাইবঙ মংলেন মথক্তা
থম্মোই শোক্লা তেংথাবা
নোংঙাল্লমদাই মতমদা   ম্নুংশি শৈহেক কয়ানা
তাইবঙ পুক্নীং য়াকাইবা
শঙলেন শঙ্গাই মন্নুংদা   কাবম্নং মো'স্তক মথক্তা
থেক থেক নৌগ নৌ
হেদো হেরাউ কাহ্নুনা   লৈত লায়রা য়েংলগা
থেক্লা থেক্লা মনোকপা
অপাম কাদা থুংজবা   ম্নুংশি কাদা য়োৎজবা
শাবী শানৌ খিবীক্লা
নাপচীক্লা শাজবা   লৱাই শাংনা তুজুংবা
ম্নুংগী পুক্নীং ৱাফোঙবু
তৱাই তৱাই তমহ্নুনা   তাইবঙ শীম্ন পাউজেনবা
নশীন শাংলা নহাক্কী ?
লোইৎবী চীংশাং নাপোমদা   চেক্লা শঙ্ শঙ্না
লোক্লুংদা খোম্থাঙ যৈহ্নুনা
শৈদা শৈশঙ কয়ানা   হীক্লা হৈনা শক্লিবা
নঙগী ম্নুংশি শৈহেক্লা ?
লিরি হুম্বা মালংনা   নঙগী শৈরোল পুহ্নুনা
পুক্লিংগী পম্নুং যৌরকই ।
লোমনাইদবা নহাক্কী   ঙমখৈ নাইবা তাইবঙনী
করম্না নঙবু শীংথানি

লাইয়েক হৈবা কন্যানা তুরি মপৈ মপৈনা
মচু মখল মখলনা
মনা মনা মেকপদা নগী চেংলো অংশংবা
অমা শুমলোই শকহেনবী
চাংক্লো মপান লাইরবা ঈশ্মক ঈচাউ ঈরেলনা
মুকপু ওইমা খেয়গা
মশীং খাবা শুমদনা শরা শমু হৌরিবা
মালেমগী মোবী পুম্বনা
খোর্জে ওইনা শেমগা মালেমগী মীকোল মপৈনা
লেপ্পা নৈতনা হবদা
মচুং মপাল অনিগী নতীক নয়াই নগাকী
শুমরোইনে শীংথাবা
নহাক্কী শাউম ক'লবা নপাক্ত খোলবু তারবা
খোইমুমমকপু শুমহংলী।
মুংডাইবনা মেনহৌবা অরাবনা তোপ্লোঙ্গা
নমু তাইবও মপোকী
চেখ্রবা ঈচেলদী তাউথখ্রবা কাওশীংদী
অমুক হনগংলরোই!
খুন্দী তেনবা তাইবওনী রাখল শুমখে নাইবনী
নীংশুমদনা তোক্লনি।
মিংকুপ নাহুম খুদিংনা অতুং অখম নৈতনা
শামুগী ঈরীক চুপথোক্লি
খমমুং কৈক্লোই লাংওনবী পালেম শানা নাউরবী
নাউথেম ঈশৈ তারনি।
লাংওন মপোকশিমদী খুডজে পলেম মুংশিকী
নওবু এনা কংজরোই!

কল্পক চাউরা এহাক্না নীংবা কায়বা উক্লগা
নোক্লবিবা তৌগন্নু।
পুলেম মৈনা চাক্লবা তৌকম খণ্ডবা ঙাওম্নবা
তপথম্লবা থরায়না
নঙগী হৌকম শাংকন্নু নক্ল ঈহুন তম্ফন্নু
থম্মোইগী মিংনা য়েংজরি
নঙগী কোলোয় নপাউবু ফুংশি রারী রাখোঙবু
পুক্লীং য়ুংবা কাজরি
তাইবঙ পুক্লীং লৈকোন্দা নাউবী কোনগী পম্নুংদা
নক্ল ঈহুন তম্ফম্নী
কবিগী থম্মোই লাইয়ুমদা লৈহাউ চেনবা খোয়জেন্দা
তোয়থীন ঙানবী নহাক্লী
নঙবু থাগৎপদম্নু নাপল মথোই কাগন্নু
নঙদী কবিগী মমানী
ফিজেৎ লৈতেং চঙখোনবা নচাক্ল নরল রাস্তবা
কবিতনা হুনবনী।
নঙদী কবিগী থরায়নী নঙদী কবিগী থম্মোইনী
পুক্লীং রাখল তোলোয়নী
নীংবা কাথরবা পুন্সীদা নীংঙমজ্রবা থরায়না
নঙবুতদী কাউয়রোই!
লাংঙন কয়া ঙাক্লগা অমুক্তদী নহাক্লা
ফুংশি চায়া কোনরীয়ু।
থম্মোই লাইয়ুমন্নুংদা লোথুপ লোকোয় লৈতন্না
ঈরাং খৌনি কৎচগে
লৈজবা পুন্না থাক্লনা চেংনা চায়া কোম্নুনা
খোয়াং ঙাক্লা থকচগে

শামুগী কয়াৎ খুদিংদা ঈমুগী ফীরাও মন্নুংদা
শিংলী মিছুন তমলিখৈ।
য়াইবী কোনগী মন্নুংদা ঈথক পঙ্কে কাবনা
কয়াৎ কোল্লুপ কায়খ্রিখৈ
চোকথরবা চীনবান্দা শোঙ্থরবা খোঙ্জেলনা
মতং মতং থোক্লিখৈ
নীংজবশী তোক্লরোই শোঙ্জবশী লেপ্লরোই
শক্লাইদবী লাইরেম্বী !!!



# "লোঙ্গল লৈহুল"

লাউ লাউ লাক্লো লাউ। কুমওন কুমনৌ লাক্ল লাউ !
ঈনৌ নৌনা পুরকপা অথেনপাৎনা পৈরে লাউ!
মালহৌননা মাকেমদা খুদোল পোৎ লাল্লরো লাউ !
লমদম কয়া কোযহুনা লৈকোল কয়া চংলগা।
ঈপাক ঈচাউ লান্দুনা হৈকোল কয়া বোযরগা,
মালেম মশাইগোন্দগী থরাম তানা থিনীংবা
কুমগী খোয়জও খোযদাবা হৈরাং লৈরাং হেকনীংবা
মুংশি লৈরাং মুংওনবা যাওরমলনি য়েংশী লাউ !
লাউ লাউ শাবীখোয় ! লৈরাং থিনীংবা শানৌখোয় !
করি নীংবা কায়হুনা মীংহল্লনা লৈরিবা ?
মতমনদি হৌজিল্লক খিগদবনদী য়ামশিল্লক
মীহুল চেনগুম চেনখাবা পুক্নীং লয়তাক্রবরা ?

অখীক অচোই ওইশনু লৈরাং লৈশীংনু রাৎশনু!
লৈশক লৈচুশু লানশনু মুন্নতা মিংয়েং তাশিল্লু
ঈপাক ঈচাউ রাংমগী শীংয়েল কোঙ্গায় ওইসনু
লোঞ্জল লৈরাং লৈরোযনা লৈচল চানা থমলগা
লৈশক লৈচু খন্দুনা পরেং নাচোম শেমলগা
লৈশী লৈগোল লোযননা লৈরাং লৈহুল তগ্নোলাউ!
লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা লৌবীগনী পলেম্না!
লৈনা লৈনা লৈতশা খঙনা খঙনা খঙদশা
মপারী মমোম ময়ামগী মন্নুং মতম ভাইবগী
অহিং মু'থিল অনিদা হবলোল মুংলোল য়েংছুনা
মীরান মীরক তিন্দুনা লেঞ্জরক্লিবা ইমানী
কোরৌ শীংবুম য়ামলক্লে লোইদাম লাইম্না লাল্লক্লে!
কুমজা কুমশীং কযানা মরোল মরোল নন্দুনা!
পুক্নীং পন্নুং হুজিম্না মিংযেং শাখে লৎপনা
মীরাল লৈকোল কোযত্নুনা লাপ্না লৈচল থিরুবা
ঈনক নক্না রাদনা খুৎনা লাম্বা ফংলবা
পলেমগী ইংখোল চাউগোযন্নুং মহৌশাগী শাইগোন্নুং
ঈচীক তানবী ইমানী ঈ'না চীকনা শাৎচবী
মুংশি লৈরাং লৈবমলি, লোন্না থুপ্না শাংলমলি।
পলেমনা পামজবী শীংয়েলশিং হৌমিন কামিন্নবীশিং
মকুম মথা খুদিংগী মতারোয়বু ভাইজবী
বুমলেন কুমথায় কোন্নলৈ শজীবুদা শাৎপী লৈ
লৈরি লৈরাং লৈরমলি লোমনাইদনা লোৎলমলি!
নী,শিংউদো মুংশিরৈ লমফেল নান্না কোম্বীরৈ
তাকয়েন তাবী কোন্দোম্লে পামেল তাংবী উরীলৈ
মেম্লৈ লৈসনা নোংজুমপাল কদাম্বা, লৈদী লৈমুংশি

লৈরাং লৈশং খেকরায়বা পাম্মেল ফৈন্না কমদোংনা
মন্নুং মতম ঙাইরমক্লি মুনা মুনা য়েংলমক্লি !
ওলাংথাগী কৈ্পাকলৈ কোয়ৌ ছুংশা নংবী লৈ
খোংনা নৌবী লৈনানা কালেন তেমপাক ঙমবীদৈ
মকুম মথা যৌরগা তনৌ তনৌ চোংক্লিদা !
ইঙেলৈ মুমিংলৈ তখেললৈদী চিগোংলৈ
শমজিরৈ যেরুমলৈ কোন্দোলৈদী কুথ্রুপলৈ
সনাবৈ মুকাকলৈ কুন্দোরৈদী কুন্দালৈ,
শংলেন শনকুপ শংবরৈ শাবল শঙবী লাওথুরৈ
চীংদা শাংপী লশীংলৈ নমুচরয় ফিয়েললৈ;
লৈরাং লৈরোল লৈরমলি চীংয়া তময়া হেন্নমক্লি !
ঈরোম্মুংদা পোম্লগা ঈপাল লাংনা শাংপী লৈ !
ফজ শীংথা থুদিঙদা কোলোয মিংলেন শোন্নলৈ।
মিংসা থম্বাল খুংস্না থম্বাল থম্মোই থম্বাল থানলৈ,
লৈরাং থম্বাল থাদরি থরো থরীকথা পন্দরি !
পাক্লবা মালেম মালংদা থুরবা কাচিন কোযাদা
মচু মমেল মঙালগী মক্রুবা মমি তান্নমলি !
লৈরাং লৈচল থিরিবী মোমনু লাইবক চাউবীখোয
সুজা চেংলৌ উরদী উনবী পুক্লীং হুংঙল্লী।
উকু হুগুম হুরিনি ! লকাশেংবুম শেংলিনি !
পলেমগী মুংশি শক্তমদী চেংলৌ শকচানরিনি !
পায়মা খোযজেল লিংজেন্দা নীংশিং ঈনিল লাংইদা !
লৈরাংগা পান্দম্নবগী লৈশাবী কোলোয় মিংগৌবী !
মোমনু য়াহৌ থেঙবমা কৈরাং ফংলরোই নীংছুনা
মুজা ওইবী হৌমশা ভয়াং জশোধনববা ?
মুরাওইবী নশিনম্মাং তুরেলান এলোমবমা !
নৌনা ঈনথলক্লিবা মায়খোক কাবকপ্পা পাংশা

নপা পরেপ তানবদা নপু পুরেপ তম্বদা
খোয়রাঙ খোয়শাউনগনু। রাখল চোইজাইনগনু!
ওমজবা রাখল লৌশিং থৌমা লৈজবা পুক্লিং থম্মোই য়াওনা
তন্বা থৌদাং পাঙলম্মু। পলেমপী লম্মল শিংলম্মু!
তাইনবদা পঙলবা তাইবঙ পানবা পুম্বদা
কজন্নুংশি চঙথোনবা লৈ হায়বা উৎপমী
শীংয়েল মাগী কোলোয়দী লৈরাং মিংলেন থোনবনী!
যেরুবগী মকাইদা হৌরবম্নু অম্যোংপা মরক্প শাথলবঙ
লৈরাং মাবু উরবদী নুংশিদবা ওমত্রবনী!
লাউ লাউ লাকলো লাউ! থারম হান্না পাংলোলাউ!
লোঞ্জল লৈরাং হেকলুরো। পোলাং পোনচেপ পুরকলো!
নযাঙ্কা থর লময়ানবা মাঙদা থারে হায়না
নচেমশিংশু লৈপাম্বী খোঙলোযনরি লৈথিবী।
নথংলেন মানজ য়াওশনু। চন্নুরা কযাশু লাকশনু!
লোক্তাক খোঙবান কোযকরো। থা জীং উমং যৌরুরো।
তোর্ব্বুং রাক্তা খোইরেনতাক খোইযোনঙৌবী মশোযমাঙ
হুইবীদাক লমলাংখোঙ ফিতুম্নী চীংনামুং কাঙগ্রু লৈহাওপোকপী
চীখদনা চৎলুবো। থাযনগী লৈরাং থিকরো
মৈতৈ পোইরয় লযমযোল মালেম খোযদৌ লমমযোল
মাযকৈ শলাই খুদিংগী লোঞ্জল লৈরাং হেকলশী
অমুদোল নোংযাই মহাকথক মমোম লাংলেন মগুংলাং
চীংদা কাহ্নুনা লৈথিবা ওমদা কুমহুনা লৈহেকপা
চীংউ থাংজীং লাইমাঙদা লৈরাং পোমচেপ হাংথিবা
মিংলেন চীংয়া পামথরৈ শীংযেল শত্রু ভেচাকলৈ
লৈরাং লৈখোঙ থিরুরো ময়াগী খোঙ্গুল লিকরো!
অরিবা মরু জোরুরো অবনীবা চারলিংলরো।

লোঞ্জন লৈরাং ৈফদোম শেমলো! তোমথিল তোমথিল থারয়ো!
মশা মবেঙ পুংনা ফম্না চয়োং চয়োং শাংনবা
মলেম মশাইগোম্মুদা শীনবা থুংনা মালংনা
অচৎ অওক পুম্নমক্তা লোইনা লৈনম লাংহম্না
ইমায়োলগী হেঙ্খোইবা মুংশি শৈরোল শক্লুনা
মন্নুং মপাল ফাওড়ম্বা লোম্বা পুদা লোয়ননা
পলেম শেম্বী ইমাগী মক্লোল লৈকোল শেম্নশী!
নীংঙমহৌবোই শোযদনা মুংনাঙগনি পোলোইদা
পুন্সী তেল্লবা নমুনী তথাংলবা তাইবঙনী
লাউ লাউ! লাকলো লাউ। খোযজেল লিংজেল লাংলো লাউ!
থৌগল্লোল মুম্বাল্লোন চৎনবোন্দী হৌনয়োল
মযেক মশোং লাইহৎলোল লাইশোল তীনশোল চুকশায়োল
হংদোক হংজিন তৌননা ঙাংনা শানা শোম্ননা
পলেমু পেনহল্লয়ো লাউ লোঞ্জল লৈহুল তমলো লাউ
অকাউবগী ঈপাক্তা নীংশিং ছিরেল থিত্নুনা
তামহৌয়বা তোর্ব্বান্দা হন্না-তুনা যেংহুনা
মাঙগী তুংগী মলংগা ময়ননাই মিংযেং মমাঙদা
মন্নুং মপাল অনীনা মুংশি মঙাল তান্নয়কপা
অহৌ অয়োই অর্ননা শেগা মাইগগী মবক্তা
অরি অনৌ অনীনা চেংনা থাগোম্নয়কপা
নমু তাইবং মীওইনা পায়মা পুক্নীং পুখ্রীদা
থম্মোই থয়ো খম্বালনা ফুগায়ননা শাংলকপা
তাইবং যাইবী কোম্নুংদা লৈহী লৈনম লংলকপা
ফংগনিকো শোয়দনা উজবদো পেনজনা
থিনবদা ফংদ্রিব তান্নবদা য়ৌদ্রিবা।
অমমবদা লোংলিবা ফজবা মাবু ফংহুনা

মুংঙাই য়াইবী মরাংকায় পুন্সী পোলোই পান্দমপাং
রাংনা রাংনা রাথল খন নেমনা চমনা পুন্সী লেন
ইপা ইপুগী য়াথংঙাক ইমা ইবেনগী পুক্নীং পেলহন
থকশী খাশী খাযনা খঙনা নোম্না লুক্না লোয়না লোয়না
চংমিন্নরো চান্নমা পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা
নচীন ননাউ নবুং নৌপুরা শেগা মাইগা যান্নমা।
লাউ লাউ লাকলো লাউ। কুমওল কুমনৌ লাক্লে লাউ
পরেং নাগোম চরোং চবুল লাংলো ইমাগী লোঙ্গল হৈহুল।



# থাজবা থিবা

অপাম্বা মিহৌবা, কল্লকপা লৈতবা;
অকি-অখং লৈতা, য়েংথীবা যাদো,
তলা পামেলশিংনা, মহৌ মকা লাম্না;
চীংযা তমযাদা, কনাবু য়েংলিবা?

লোইবী চী জাউশিংনা, নোংদোল তেমশিংননা
নোংজু মুংশা খাঙনা, কনাবু ঙাইরিবা?
ঈঙৌ তুরেলশিংনা, খোংনা লাওনা ঙংনা,
খারম পাংনা চেন্না, কনাবুনো তাল্লিবা?

ঈপাক ঈচাউরেননা, য়ারা ইনিল্লাংনা,
ওমচাক্লনা থন্নুংদা, করিবু ঙাঙলিবা?
ঙাঙদবী মালেম্না, লয়না লয়না কোয়না;
কনাবু তত্তনা, মানা থিরিবা?

থেঙলবা অহিংদা, থোহ্ণী নাপোমশিংদা;
তাম্নাম্না অমথ্রবা, কনাবু কৌন্নিবা ?
মালেম নৈকোম্নুংদা শীংয়েল নৈন্নাংশিংনা;
কনাগীদমক্তা, লৈহুন অম্নিবা ?

হয়রাঙ হযকোম্নুংদা তাউজিং হয়রাঙশিংনা;
কনাগী মাযোক্তা, অথেনপোৎপু লাম্নীবা ?
ঈপাক ঈবোম্নুংদা, হীরা মনি মুক্তানা
লোম্না লংনা ঙাম্না, কনাবুনো ঙাইরিবা ?

চেক্লা নোংগৌবীনা, নোংদোল মাযোকযানা;
কব্রিগী নোংলেন্তা, খৌরাংনা কৌরীবা ?
পুখ্রি, পাৎ, তুরেলনা, হুম্মোম্না থম্নগা;
কনা কায়নবনা, লাউনা কপ্পিবা ?

তাংলৌ থেঙলক্লবা, মীচীক তাললক্লবা,
মম্লবা অহিংদা, তুমদ-হীপ্তনা,
কাওজেং হারৌশিংনা, খৌগংননা খোংলিবা;
পক্লীংগী বরম্বা, মপাউবু ফোঙলিবা ?

তাইবঙ মালেম লোইনা, মাযকৈ শলাই শীন্ন;
মথং মনাউ নাইনা, মরী মরী লৈরিবা,
কনাগী ইঙ্গিংনা, করম্না শীন্দুনা
তাইবঙ মালংপানগা, তাইনররিবা ?

অমম অঙাল খাযরীবা, অচৎ-চত্তা নাইরীবা ?
কনাগী খুৎশেম্না, তাইবংপান ওইরিবা ?
মখল মথেল য়াম্না, শক্লোল মরোল নাইনা,
ফজবী মহৌশা, কনানবু শেম্নিবা ?

অঙকপা ফজবা, নুংশিবা নুংঙবা;
অহৌবা অরোইবা, অনীমক ওইরীবা;
নহাকী নপাম্ন; উজবা ফংহনা;
তাইকঙনা কথাংনা তান্নরিবরা ?

মপুরেল তৌওম্বা হেন্থোইরেল অঙম্বা !
পূম্নমক নহাক্না, শেম্বনী চাযরী বা,
থম্নজরে থাজবা, তাইবঙগী থরায়না,
ফংজরে থম্মোইদা, 'থাজবা-থিবা'।



# কাউদবা

মুংশিগী হৌফম্না কদাইদা? ফজবগী ফংফম্না কদোমদা?
নমুগী পূক্নীং থম্মোইদা, কনানা লৈকোল শেম্নগা;
কল্পনাগী উরীদা, স্বর্গগী লৈবাং শাৎলিবা?
উরুদনা করম্না, মুংশিনা চান্না পান্নিবা?
উনবী পূক্নীং ওকশমদা, করিগী পরেং শিনিংবা?
লাল্লিবরা থরাযনা, থম্মোইদা মরু হুল্লিবা?
মাঙদরবা পুন্সীগী মালেমগী শিদ হীদাকী।
ময়াই মাগী মরাল্লা? মরোন্দোমতা মাঙজবা ?
লাইমগ্নেনগী শক্লোম্না, খোমলেল মঙলাঞ্জাল্লিবা ?
লৌনম লংয়াম হাংদূনা, মুংদা যেংবা ওম্ববা ?
মনুংগী মঙলেল মঙলাম্না, অঙ্কঙপান্দা পাংলকপা !
নহাকী য়াংদৌ লম্বীদা, খোঙফম লাম্না থাংলবরা,

মশীতদী ননাইনা, নিজগেনে নভোন্দা,
মন্নবা পুন্সীগী পন্নু্ংদা, হংজবা যাবা মপুদা॥
থম্মোইগী থয়ো থম্বালনু; য়াইবী কোনগী লৈরাংনু;
থোমলেন মঙলান, তাইবঙগী লৈরাং লৈরোং ওইরিবী!
ফজ মুংশি মুংওনবা, অথোৎ অমেঙ তানৌবা,
পান্নমকী হৌরকফম, ওন্নমকী তুংনফম,
মহৌশা কৌবী লাইরেম্বী, 'অমাও অতা লৈত্রবী;
তাইবঙ মপু নহাক্কী, লোযনবীনী মহাক্কী।
মপু নঙগী নয়াথং ভাক্ল, ভান্না ভংন-ভং;
লোইনাইদনা লৈরিবী; লৈরাং লৈরোযমরিবী;
য়েংজরিবা কবিশিংনা, কল্পনাগী লৈকোন্দা,
উজরিবা যোগিশিংনা, যোগ সাধনগী লোক্লুংদা,
মহৌশা মাগী, মফমদা, ঈমা ওইনা তত্তনা,
হংজবা য়াবা কেথোক্লা, ঈনীং-ঈথা তৌজন',
পীনবীমু ননাইদদী, ঈচম চম্বা পুন্সীশী.
ঈতিংতিংনা তাবরা রাগী বা শী মতেক্লা,
উকং উহাম ওইরম, লম্মিল পেনা তৌদ্রিনা
মাগী মালংগী শাউমদা ঈশৈগী শৈনিল্লা'লিবা,
তানা তানা তাদ্রবা তাইবঙ তোরয তোর্কোন্দা,
উনা উনা উদ্রবা, নমু পুন্সী পল্লোন্দা,
মশীতদী ননাইনা. থৌনিজগে নভোন্দা
থরাযনা থিজুনা থম্মোইদা, থুপ্পা থেয়া থম্নগা,
কোরৌ লোংমতা কাংহনা তত্তনা তাজবা "কাউদবা!!"



# বসন্তদা

রাকচাংগী উল্লেল লৈচিল লাল শরৎকী থাবল থাদোক্লম
চুমবৈ মপাল কাকলৈগী ফীগে ফীজোন ফিরোয়না
হঙ্গাম মপাল চিগোংলৈ চরৈ নমথাঙ ফিওইনা
হৈনৌ মপাল পরেংনা ঙক্তা চোঙ্গোন য়ান্দুনা
ফুয়না হৌরবা নোংলেন্না মিৎম্না কাজল থাদুনা
তনৌ তনৌনা লাক্লেনে শানৌ নাহা বসন্ত।
উথম্বাল নাগেশ্বর মাধবী লতা উবীরৈ
চন্দ্রমুখী মালিকা অপ্রাজিতা অনিরৈ
পঙ্কজনা পামজবা বসন্তগী বাসন্তী
শীঙেল লৈরাং লৈযাম্না লৈচন চানা শেম্লবা
লৈগী দলাই তোংদুনা মোমোন নোক্নুনা
কেলী কদম্ তমালনা চোঙ শেকপিন খান্দুনা
যেংউনেশে লাক্লেনে কামগী লীকং পাযদুনা
পাম্ তেন্দোং খাউদগী মুংশি তেঙ্গৈ শত্তুনা
নৌনা মখোং কারকপা শাবী শানৌ খিবিক্কী
হেদো হেরাউ কাজবা নহা অহল 'পুম্বগী
থোংলবা থম্মোই' লাইথুমদা থুম্না থুম্না থাদুনা
মায়কৈ শলাই খঙদনা কঙাওননা চেলহল্লে।
ঈকাই ঈকি রাংমদা ওম্না থোইনা খাঙহল্লে!!
লৈত-লায়র অরাবা লম্বী চৎপা চাক্লিবা
লোইবী শীংজা লাংজবা মুজা পাখং অনংবা
নখোয়গীম্বু থম্মোইদা মুংশি তেম্না পানবরা।
মোংলবা চরৈ ফীজিনা মায়খুম ফিওইনদুনা
পায়মা পূক্লিং ওমচাক্লা মিংলু পিরাং শিম্বুবা

লোন্না-লোন্না তৈথোকচৈ ঈকাই শজোয় মহাডজে।
তমথীরবা যেক্রবা ময়াই কারবা হিংচাবা
পাইশিল্লক্রে নকশিল্লক্রে যৌশিল্লক্রে বসন্ত।
নংগী খোয়জেলগী করম্বা নত্তীক নয়াইনো?
খোযুম তাইবড অনিনা শোম্মরিনে· নহাকপু·
বসন্ত! বসন্ত! ঋতুরাজ বসন্ত!
কোকিল কৌবা চেন্নাগী মতাওবা খোম্বাওনা·
কুহু কুহু খোঞ্জেলনা মেঙনা মিনা খোংহনা
হীক্লা হৈনা মুংশিনা নওগী শৈরোল শৈশকপা·
লিরি হুম্বা মালংবা মলয়া মুংশিংনা পুহনা
কোলোয় নপাউ তমলিনে তাইবড থম্মোই নাপলা
বসন্ত! বসন্ত! ঋতুরাজ বসন্ত!
যেংউ মাযকৈ মবিমক মচু মমেন্না লৈতেংলে
তাবো তুমিন তুমিন্ন মুংশি শৈনিন্ন লৈংলক্রে।
মহোশা কৌবী লাইরেম্বী শংলেল কীজোল হোংলক্রে!
সৈরাং লৈচন চানা চানা নাচোম চবুন শেমহনা
হৈরাং হৈথল মুনা মনা চরো· চরোং মান্নবা
মশাবী মাঙ্গ মাযোক্তা অনৌবা থুদোল লাওবা
য়েংবগী পেনবা লাইদরে শোনবগী ওকপা লৈত্রর!
যেংউনে তাইবঙ মীওইবা মহৌশাগী চেংলো শকফমশ
হানৌ শংনৌনা লৈজেংবা লোইবী চীংশাং নাপোমশে
থাবোম থরক নাপোয়ী মহৌশা কৌবী মুজাগী।
হারি তায়া পিথাজোই তীলোং কাডগেংনচিংলক
পোম্বী চেক্লা শঙ্গনা মুংশি-শৈরোল শক্রনা
পুক্নীং হকচাং লোয়নবা বসন্তব্ ওকচবা
মহৌশা কৌবী মুজাগী মুংগী মুংশি য়ারামী।

খোয়রাঙননা খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইহুনা
লৈরাং লৈকা লৈয়োন্দা পেল্লা লৈহী চুপ্পক্লে
হঙ্গাম মপাল মরক্তা কুরাক্লা কোয়পাই পহিত্নুনা
মচু মমেনগী মেলাদা লৈনা জগোয় শারক্লে।
করিবু হরাউজহুনা লৈরাংনা মোমোন নোক্লিবা!
কনাবু কিজরহুনা পোমশাংলবী শীঙেলনা
লৈনা শযোম মরক্তা লোল্লা থুপ্পা কোখলিবা।
পম্নীংবগী পঙ্গরুবনী কম্নম শীংথারগনি
লে মনাইদমা লৈখ্রবা মশাইগোল্লী মপুগী
মখল মখেল ময়াম্না মবোল মরোল নাইরবা।
মালংপান্দা পুরবপা বসন্তগী মপাউনা
অচং-চত্তা পুম্নমক লোইনা লাঙতরহনবা
খঙলে খঙলে বসন্ত নঙবু যাম্না পায়রবা
মীরম লাইরম অনিনা নত্তীক নগুন শোল্লবা
মচত মীথায় নাইদনা মুংশি মুংঙেন যেনবনা
অখোই অহেন খাযদনা অরা-মুঙাই পীবমা
ওইবমগনি নীংইদা মীনা নঙবু শোল্লবা
বসন্ত! বসন্ত! ঋতুরাজ বসন্ত!
নঙগী থম্মোই লকাগী লৈহী খোযখুম্নরবা
চুপ্পীং ঈখৌলাংবনা মালেম লৈমা ইমানা
মহৌশা কৌবী মুজাগা থুজেং পালোই লাক্লুনা
মনুংমপাল অনিদা যেল্লো য়েল্লীং হুন্দুনা
কুমওন থুদিং শোযদনা ভাইরিবনী বসন্ত!
মতমগী তুরেল তোর্বান্দা পুন্সীগী হিদেন অকমদা
হৈনম লৈনম্না চুরবা নঙগী পুন্সী মুত্ত্রিনা
হোবা লোম্বা নাইদনা লৈহৌরোকো বসন্ত!!

# পাইরক্কী চোইরোল

ঐগীনী ঐগীনী ঐগীনী ঐগী ঐগী ঐগীনী
ইরন্নাই, নরন্নাই, মরন্নাই মহৈ মহৈ ময়ামগী
তিন্ন-তোংনা চায়ফম মুংশি-মুংওল লাংনফম
পুক্লীং পোম্বী চেক্লানা চেংনা-চান্না চীদিন্না
শৈহৌ, শৈরোই শরুফম অহৌ অরোই উন্নফম
ঐগীনী ঐগীনী ঐগীনী ঐগী ঐগী ঐগীনী ।।
ঐগী-ঐ, নঙগী-ঐ, মাগী-ঐ' ঐ ঐ · ....
ঐগীনী ঐগীনী ঐগীনী ঐগী ঐগী ঐগীনী ।
ইপাক্ ঈচাউনা চোল্লবা লোইবী চীংজাওনা থল্লবা
হৈরাং লৈরাংনা যোম্লবা মালেমশে মপুং ফারবা
ঐগী পুক্লীং পন্নুংগী লমদোম্না থুপ্লবা থম্মোইগী
হেল্লী হেল্লী ফজবা পাক্লা চাউনা চষ্খোনবা ।।
তরঙ ঈথক ঈপোমম্লুং লাইজ ঈরোন ঈম্নুংবুং
হীয়াই তম্ফানা ভাল্লিবা চাংজো তোর্ব্বান নাইত্রবা
ঈপাক ঈচাও ঈরেলশে হেল্লীনে পুমংহেন তেল্লীনে
ঐগী রাথলগী ঈপাক্লা পায়মা পুক্লং পুখ্রীনা ।।
ঙমখৈ মঙম তাম্লবা রাংলবা নোংমদোল অতিঙা
থবী, থব', পরাম্না থাম্লিখা তরুং তরংনা
হেল্লী রাংবা পাকপা চাউবা থম্মোই' কোয়রেল কোর্ব্বাক্লা
হেল্লী লাইমা লংবা ঙানবা থম্মোই থাজ থানিলনা ।।
মালং থঙ্গোল খোঙয়াঙবা অথু-অকাই নংথোইবা
নঙবুম্ন হেল্লী যাঙবা যাম্লো উনবী পায়মা পুক্লীংনা ।
মখল মথেল ময়ায়দা মরোল মরোল মন্নুংদা

হু'লোল মিৎয়েং শাখৈনা মথং মথং মাবদা
পুরুীং হকচাং থরায়না রাখল পাঙ্গল লৌশিংনা
লাম্বা লৈবা লোয়রবা মশেন মরাং মাঙত্রবা
ইকোন কোনবা অমা অচুদী ঐগী নত্তে মাগীনী !
মাগীনী মাগীনী মাগীনি ঐগীস্থ নঙগীস্থ মাগীনী !
ঐগীবু মাগী ওইরবদী মাগীস্থ মান্নী ঐগীনী !
চুম্মী মান্নী ঐগীনী ঐগীনী ঐগীনী ঐগীনী ।।
উজনিংই উজখিরোই উথোকখ্রগা উনিংলরোই ।
তাজনিংই তাজখিরোই তাথোকখ্রগা তানিংলরোই
ফংজনিংই ফংজখিরোই ফংদোকখ্রগা ফংনিংলরোই
খৌরাং খৌরাং থিনা থিনা ফংনীং ফংমাং লেঞবনা
ফজবা মাবু নীংনা নীংনা নমু পুন্সি লোমজবনা
হুণ্ডাইবনী নঙগী ঐগী তথাংলবা তাইবঙদা ।।
অরাবগীনী হুণ্ডাইবা হুণ্ডাইবগীনী অরাবা
অমম্বগীনী অঙানবা অঙানবগী অমম্বা ।
মনুংগীনী মপাল মপালগীনী মনুং—
ফজবগীনী অথীবা অথীবগীনী ফজবা—
ফজবা ফজবা অথীবগী ফজবা .. ..
ঐগীনী ঐগীনী ঐগীনী ঐগী ঐগী ঐগীনী !!



# নীংঙমদবা

নোংদোল কোয়রেল কোর্ৰবাক্তা লৈচিল নোংফাই মরক্তা
থরাল পরেং পরেংনা ঙানবগুম মুংলি মুংলিনা
পুন্সি' পন্‌পনবান্দা আমম্ভবা মতমগী ময়ায়দা
মশেল মরাং উরিবা শায়া মক্তাল তারিবা
কুমগুল মাগুল কৈনবদা উন্থৌক্লে মীয়মবেন্দম্বি ।
ময়েকলানা য়েকহৌরি থম্মোই লাইয়ুমদবুদি—
তোমথিল তোম্হিল ঙালহৌরি নীংসীংবা মরক্তবুদি,
উত্রবা চেংলৌশিংদুগী তাজরি কোলোয়শিংবুদি ।
খঙনীং খঙনীং খঙঙমদা য়োনীং য়োনীং য়োঙমদা
লাংঙল মপোক অসিগী নীংঙমদনা লৈহৌরে—
তাইবঙ তৌরৈ তৃথ্‌প্তা তোপা তাম্না তাহৌরে ।
লেংজরম্বা 'লৈপাক্‌'না' তগৎ তগৎ তেকহৌরি ।
মাতৃ তর্পন কচ্চত্বনা চীরবিদাই তৌজরম্বা
স্বার্থ-ত্যাগকী শিদ-হীদাক থাজরম্বা মাতৃ মন্দিরদা
য়াইফনবা মৈতৈ চনুগী কাউরবোইনে বনানম্ব ।
হুমিদাংরাইগী তাঞ্জাদা কাংবেন কোঞ্জন মতমদা
ফাজ্জোঙ খেৎনা পাইরম্ম লমগী চেক্লা অমদা
খোংত্রবা বীনা পায়দ্‌না চীঙোয কোলোয পাউহংনা
অরোইবা শৈশক তাল্লম্বা ,করম্বু কাউগবা ?
নীংশিং নীংশিংলুরগা নীংঙমদরে হুংঙম্না—
মনিপুর সনা লৈবাক্তা থাগেম্ব। সনা হাক্তক্তা
মাঙ্গী পামেল উখাদা মালেম লৈতঙ্গায় মরক্তা
খুঞ্জাগী ইপা-ইপম্না খোয়েন তূমথুন তানফমদা

খ্বাইরাকপা লৈকোল্ম্ংদগী লবঙ্গ-লতাগী লৈনম্মা
লিরি লিরি হুম্লিবা লেগুরিনে হৌজিকফাও।
লৈকোল পুখ্রী অমদা লৈরাং থম্বাল থাজরম্বা
খোইমুংদগী কজ্জনীংবনা থম্মা খেঞ্জোংনা খঞ্জরম্বা
শীতেল-ইন্দু লৈরাংনা লৈনম লোঞ্জা লোম্থুপ্পা'
থম্মোই' লৈকোল য়ৌনবা মদোম তোপ্পা চঞ্চলকপা
লোইদাম্ম বুইর কুইরগা লোম্মাইদনা লৈনম্মা
মন্নুং মপাল ফাওনহুম শরা-শ্রম্না শীল্লক্লে।
মমোম লাংলেন মশুংলাং থাদোই মাগী মহাক্রথং
শামু খোঙদা যেত্নুনা লাঙ্গোই খোঙদা পুন্দুনা
উপ্পা তাবে উপ্পচিং লোংনা তারে লোংনা চিং—
ঈঙাঙ পাক্তরুখিবা ঈমুনা পাম্ফেন্নখিবা
নুংশি চাংযেং পম্বেংদা যাইবী যোন্না পাউখুম্বা,
চাংনাপুংদা লেপতুনা অঙৌবা থবাক লোংখিবা,
ঈবোপ পুংদা কাওফাবা খোইবেম্ভাক্তা কৈফাবা
শুমন মাগী মপাচা নোংয়ায মাগী মরেলল্
লুবাক তাবুম্নংদগী পরিংশীংনা পাউদম্মা
লৈশী লৈথোল লৈরাংবা তম্বা নওবু কাউওম্লোই।
কংসবধ খুৎমাবা ভাগ্যচন্দ্র খুৎলোযবা
থম্মোইদা যেক্রম যেক্রম্মা পন্দবতনি হান্ননা
নওগী নোংঙাললমদাইগী শজীক্লা তোমথিন ঙাক্তফম
নুমিদাংরাইগী থবানা মবাই চাযনা তাখিফম
থুপ্লবা থম্মোই' কাচিন্দা হন্না হন্না খিরিনে।
তোম্ন লাইজী লেম্বীগা কদেং থাঙজহনবগা
নুংশি লৈপুন লাংবগী থাবল' ঈশৈ শৈশেম্বা
মেঘনাদ বধগী চীঙ্গোয পাউরোল পাউথানা

মৈতৈ সনা লৈবাক্তা হান্না তোঞ্জল পীরম্বা
লাইরমলেনবা পরেংদা য়াওরিদো নঙস্মু শৈরাংবা'
লোইদাম কয়ানা লানখ্রবা কুমজা কয়ানা কুপখ্রবা
শৈরেং শৈরোল শৈজনবা মপারি শৈরেং লাংবশা!
লৈরাং লৈখোঙ শোম্না শোম্না থম্মোই' পিরাং চাইনা চাইনা
যেংউনে পোরুকম লমদম্না লৈরাং পোঞ্জেপ পাযত্না
নখোযগী লৈকোল লৈবাংবু যেংনা যেংনা কপ্লিসে।
হৌমিন কাম্মিন্নবস্মু নরোয় ননাউ মযামস্মু
চীংলোন য়াপলনা কোযখিবা মনিগী লৈকোল মন্নুংদা
রাখলনদী পনবাল লান থম্মোইনদি পন্নুংচন
তরঙ-মালংদা তাউত্না লৈতাদনা লৈরিদো—!
পাযমা পুক্লীংনুংদদা নীংঙমদনা লেপ্লিদো'
থংমুন নাউমিন্নবা মীন মাংদ মন্নুংদা
মমঙ মহা মাত্না মাযবোঙ যানা মালেমদা
কপ্পা কপ্পা কোলহৌরি পলেম পলেম পলহৌরি।
মমা মশক মাঙথ্রবা মপারি মযাম' মরক্তা॥



# "অনৌবা পান্দম"

অনৌবা। অনৌবা। অহৌ অরোই' অনৌবা!
তদেক তদেক তনৌ তনৌ
তরু, তক, তনান তনান
তরং তরং অশেংবা ... ... !
অনৌবা! অনৌবা! অহৌ অরোই' অনৌবা।

অনৌবা ফিজেং অনৌবা চাকচা
অনৌবা "শমু" মিৎযেং নায়েং ..
অনৌবা পাযমা পুক্রীং পরেং
অনৌবা নহাল অনৌবা ওরাং
অনৌবা হযেং হংচিৎ মশেম ...
মরৌ মকাপ লোইদাম থাজ ...
বুনওন কুমজা কয়া কয়া ...
কায়নরমদাই! তিন্নরমদাই! নোংদামদনা অরা মুণ্ডাই! ...
লাক্লি চৎথ্রি মালহৌননা ঈনৌ ঈনৌ নৌনা!!
অনৌবা ঈরাং অনৌবা শৈবাং ..
অবি অনৌগী অনৌবা পিরাং ..
নোংদম খোন্না নৌহৌননা নৌনা লাক্লি অনৌবা।
অনৌবা! অনৌবা! অহৌ অবোই' অনৌবা॥
অনৌবা কযাবোন্দুনা অরিবা কযা লৈহৌরি।
অরিবা কোঙ্গায হুংশিনা অনৌবা বুম্না কোল্লরি।
তাংথোক তাশিন পাংথোক পাংশিন ..
মপুং মবৈ মনিং তম্না মখল মথেল মযাল্লাংনা
ঈনৌ ঈনৌ নৌনা অরি অনৌ ঈরোঙ ফাংনা
ঈথক ইপোম হৌরবা মতমগী চাংজৌ তোর্ব্বান্দা
অরাং অপা লৈতনা লোইনা থৌগল লাঙ্গলনা ...
অনৌবা মহাউ। অনৌবা খোল্লাউ!
অনৌ অনৌবা অঙকপা মপাউ!
পুরক্লি লিরি লিরিনা অনৌবা মালং শউম্না
বসন্ত শরৎ ঋতুগী হৈকোল লৈকোল লোইনবা
লোম্না ফোংনা ফাওহুনা তম্নরি তুমিন তুমিন্না
অনৌবা তাইবঙ মালংদা শরা শন্না শীন্দুনা

অরিবগীস্থ অনৌবা য়েন্নীং অনৌবগীস্থ অনৌবা য়েন্নীং
হুন্না হুন্না চোংনা চোংনা অনৌবা মহৈ মপাল্লাং ....
মুংগী পানগী মিৎয়েংনা পুন্সি' পোলোই পান্নমপাং ..
অনৌবা কুমগী ফমেলদা নৌমা ফম্বাল্লা'না লাং ..
মকুম কুম্বী মথা থাবী মহৈ মহৈ মপাম্লাং ..
লৈহৌরনি লোয়্নাইদনা অহো অরোই থম্নাইদনা ...
অনৌবা ! অনৌবা ! অহো অরোই' অনৌবা !!



অক্রোঙবগী কোঙথ্রবা
অমসুং ক্রোঙলগদবা লাইরিকশিং

ফোঙথ্রবা

* চহুই লৈরোং পাম্পা
* পলেমগী পাউরোল
* হুগী লাইয়েঙ

ক্রোঙলগদবা

* ঈশুশা ঈপূ রারী লীরগে
* রারী শীঙবুল,

নম্ফম :—ইষ্ট'ন প্রিন্টিং এণ্ড এলাইদ ইণ্ডষ্ট্রিজ কো-ওপরেটিভ
সোসাইটি লিমিতেদ, ( ইপাহ্ ) ক্ষেত্রুং লম্পাক ইম্ফাল।